KHONGCHAT
a collection of short stories by Bimabati Khumbongmayum and Published by Kh. Gourahari Singh, Uripok Haobam Dewan Leikai, Imphal for Writers Forum.




# খোঙচৎ

অহানবা কোঙবা : নবেম্বর ১৫, ১৯৯২ ইং/লাইরিক মশীং : লীশীং অমা ( ১,০০০ ) / নম্ফম : দুর্লোভ প্রেস, সগোলবন্দ সলাম লৈকাই, ইম্ফাল / মথুম য়েকপা : এম, এল, মোইরাং / উনম শাবা : লিটল ইণ্ডস্ট্রি, সগোলবন্দ বীজয় গোবিন্দ / ফংফম : মণিপুরী সাহিত্য পারিষদকী দুকান অমস্তুং ইম্ফালগী অতৈ লাইরিক য়োনবা দুকানশিং / অকোঙবা : খুম্বোংময়ুম গৌরহরী সিংহনা রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগীদমক কোঙবা / ফংফম খোকপা : অইবা মসা / লাইরিক্কী মমল লুপা কুন্থ্রা ( ৩০ )

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা
খুংমাবিরম্বা মীতৈ অশৈবা
মালেমদা নঙনা খোঙদাবিরম্বা
কুমওন চাপ্পা শুরক্লে,
মার-মার শৈরাংজরকপা
'খোঙচৎ' কৌবী লৈরাং লৈচলসে
কচ্চরী "মহাকবি" নকমদা ॥

সুমিৎতু নীংশিঙলী, মণিপুর ইউনিভরসিটিগী লাইব্রেরী মনুং-দনি। থবায় য়াম্না য়াওনা 'মনুং-সংহিতা' পাই। পুন্সিদা খঙবা কান্নবা রা কয়ামুক য়াওরম্মী। অদুবু অসুম পাথরক্লগদি পুক্নিংদা করিনোমা কাওরকই। হায়দগীসু খন্দুনা লাকখিবনি সতী সীতা, গন্ধারী, মেবারগী রাজপুত নুপীশিং। সতী সীতানা অযোধ্যা য়্যোরক্লগা মৈ চাংয়েংবদা পৃথি ইমাবু কৌদুনা করিগীদমক কপখিবা ? মেবারগী রাজপুত নুপীশিংদুনা মপুরোইবগী মতুং ইন্নবা হিংনা-হিংনা মৈনুংদা চোংশিল্লমদায়দা করি খল্লমগনি ? মীনা শেম্বা চৎনবীগী লীপুননা মশা পুম্বা চেজেৎনা পুনশিনবীরগা মঙক্কা থৌরী থুদুনা চিতাগী নীংথক্কা থাংগৎপিবদি ওইরম্লোইদ্রা ?

ফজরিত্রা ফজদ্রিবরা খঙদে ইনিংই। ইশিল্লুরবনিনা কোঙ-লগনি খনবদা ঙায়হাক্তি হরাওরুই। অদুবু রারীশিংসিনা লাইরিক অমা ওইবগী মপুং মরৈ কাগৎলক্লিবগী মতিক কিবা অসুম হেনগৎলকই, মরমদি ঐগী রারীমচাশিংসিনা ওইরুগদৌ-রিবা মরাইবক্কুগীদমক। রারীশিং অসিবু ময়ামগী ওইনবা কন্না থৌইনশিন পীবিখিবদি ঐগী নুংশিরবা মরুপশিং লনচেনবা মীতৈ অমসুং দোনেশ্বর কোনশমনি। মসিগীদমক মরুপশিংদা তৌবি-মল খঙবা উৎচরি। লোয়নবা মরুপ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম অমসুং শরতচন্দ্র থিংবাইজমগী মকমদদি পুন্সিগী শিংবা ঙম্নরোইদবা লম্মন তোনশিনজরে। মরুপ বিরেন্দ্রজিৎনা ঐগী লাকঙম কাঙমদনা কোয়চেন চেনবা রারীশিংবু কাবা লাক্নৈ, চুং-ফিরাল চারমদববুনা মপুং মরৈ কাননবা পাউতাক কয়া পীবি। রারী-শিংসিবু ময়ামগী খুত্তা শিন্নজবা ঙমজরিবসিনা মরুপ শরতচন্দ্র অমসুং ইনাও ধীরেনগী মপান্দগীনি। মখোয়গী মকমদদি

ঐনা কয়ারক য়েংলি, নোংমতস্নু মাই হায়রক্তে। য়েংপগী থবকশিমদি মথুম য়েকপিরকপা মরুপ মোতিলালগী মকমদস্নু থোকখ্রে। মরুপকী মকমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ব্লারী মচা খরদি 'সাহিত্য-লৈচল', 'সাহিত্যগী পাউ', 'লৈ-লাংবা', অমস্নুং 'লৈকোম্নুংদা' (জিরিদা ফোঙবা) হান্ননা ফোঙখ্রে। 'পুক্লিং ঈথিল' ব্লারীমচা অসিমদি রেডিওদা পাথোকখ্রে। মীওইবদি পেনবা নায়গন্দবনিনা ফোঙথ্রবা ব্লারীশিং অতু লাইরিকশিদা খর শেমদোক শেমজিন তৌজখরে। মসিগীদমক ঙাকপীগনি। সোয়ননা ব্লারীমচাশিং অসিবু অমুক হন্না ফোঙবা য়াহনবিবগীদমক মরী লৈনবা পূন্নমকপু থাগৎচরি।

অরোয়বদা হায়জনিংবদি লাইব্রিকসিনা ময়ামগী থম্মোয়দা অপেনবা অমদি নুংঙায়বগী ইহুল অমতং ফাওবিরবদি মতু মথক্তা পনজরিবা মরুপশিংগীনি। অশোয়বা অরানবা পূম্বনা ইশাগীনি। শোয়গন্দ্রবদি মীওইবা মান্দে। মরম অতুনা বানানগী মতাংশিমদি পাবিরিবশিংনা ঙাকপীগনি।

বীম্নাবতী খুম্বোংময়ুম
উরীপোক

তাং ২৮।৯।৯২ ইং

# ৱামাঙ য়ানবা

চহী অসিগী সেপ্তেম্বর থা হৌখিবগা লোইননা ৱাইটরস ফোরম চহী মরি মপূং ফারে। ইং ১৯৮৮ দগী ঙসি ফাওবদা ফোরমগী পান্দম মখাদা মেম্বর ২৩দা লাইরিক ফোঙনবা শেলগী মতেং পীদুনা শৈরেং লাইরিক ৯, ৱারী মচাগী লাইরিক ৫, ড্রামা ১, ৱারেং লাইরিক ২ অমসুং উপন্যাস ১ ফোঙখ্রে। লাইরিক ৫ হৌজিক প্রেসতা লৈরি। তেল্লবা চহী ৪গী মতম অসিদা পূম্না লাইরিক ১৮ মণিপুরগী সাহিত্যগী পূকৈদা হাপচিনবা ঙমজরে।

অইবা অমবু ময়াম চঙদুনা মতেং পাংবা অমসুং মগুণ লৈবা লাইরিক ফোঙবনা ফোরমগী মরু ওইবা পান্দমনি। শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈতে। মতম পূম্নমক্তা অইবশিংনা মায়য়োক্লরিবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবগী সমস্যা অসি খরগী মখৈ মতেং পাংবা ঙমগদ্রা হায়দুনা অইবশিংগী মরুপ (ৱাইটরস ফোরম) অসি অইবশিং অমসুং সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই কয়ানা পুন্দুনা লিংখৎখিবনি।

কুমারী খুম্বোংময়ুম বীমাবতী দেবীনা ইবা 'খোঙচৎ' কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি ফোরমগী পান্দমদা পুথোকপা ১৯ শুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি খ্বাইগী থুংতা শিন্নজরি।

লমাবম বীরমণি
জেনেরেল সেক্রেটরী
ৱাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল, নভেম্বর, ১৯৯২ ইং

## ৱারী মচাশিংগী মীং অমসুং ময়াওকম

# থিংঙেলদরা নাশিখোংদরা

"নম্বুল তুরেল মপান্দা শাবা হুকান অমদি য়ুমশিং, অয়াম্বা লোয়না তকখায়গ্রে । সোরোক্তো পুমহাঙ হেক হাঙলে, লম্বী চৎপদা নুংঙাইবনা লোইরে" । ইশানা ইমুংদা ঙাংবা তায় । ইমুংগী মী পুম্নমক্ মসিনা অয়ুক্ নুমিদাংগী ৱারী ওইনরি ।

ঐদি নাহুনা লৈবক্‌গী লৈথাক্কী ইরাং খঙদবশু কুইরে । অহুবু নোং-নিনিসিদি হকচাংসে খর নুংঙাইবগুম তৌই । ঙসিদি কোয়খোক্তবশু কুইরে হায়হুনা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎখোক-লক্পনি । অস্থম ল্যাকপনা উৱাপোক মচিন য়োৎরকপদদি মীয়াম্না ইকোয় কোয়শিন্নহুনা বুলডোজরনা য়ুম শিদোকপা

য়েংহুনা লৈনরম্মী। য়ামগ্রে মীয়ামহু, হিয়াং কুম্মৈহু ঙায়, তৌববুদি মখোয়শিং অহু ষণ রাইনবা ফ ওবদা য়েংগনবা মীতাশিংহুনি। পাকথ্রবা সোবোক অহু চৎফম হেক লৈতবা মখৈ মীনা কুক কুক ইন্নবম্মী। থাযনা নিংথৌ পাল্লিদুঙৈ পাৎচাফম ওইবম্বা মফম'হুদা চেকনা মখোঙ তৌবগ উপাক্লা কাংথক হাহুনা চাউনা শাবা মথক মখাগী য়ুমনি। মথক্কনা ভাবা শান্‌বনি, মখাদনা হুক ন ফম্বনি। উপাই লৈত্রবা যুম্মহু বুলডোজবনা তৌবিবা অহু মমিৎ কুপতবা মখৈ য়েংহুনা লেপ্লি।

খঙহৌদনা ঐগী নাকন্দা নুপী অমনা হিম্না হিক্লা কপ্পগী খোঞ্জেল অমা তাবকই। মাদি হান্না কপলমলবজাৎনি। মীয়াম্না নুংঙাইববা কুম্মৈগুম য়েংলিবা কয়া'দুগী মনুংদা ঐহা-কম্‌ ভাবোক অমা ওইরিদুঙৈ মহাক্কী মীকপথোল অহু তারমদবনি। কনানো হায়দুনা হন্না যেংলুবদা ইবোহলগী নুপী তোম্বী ওইরম্মী। মতৌত্থ উবদা পূক্লিংসিদা খঙহৌদনা চৈনা অমা ফাওখিবগুম তৌই। "কবিগীনো" হংগে খল্লিদুঙৈদা ইথম্তা জ্ঞান তাবকখি — 'তকখাযবিবা দলান অসিগী মনাক্তা মখোয়গী পিক্তকপা হুকান অ, লৈবনি।"

× × × ×

ইবোহল ঐগী অঙাং ওইরিদুঙৈগী মরুপনি, পিক্লিদুঙৈদা মহাক্কী মপা লৈখিদে। মমা লুখ্রাবীনা মাবু বী, এ, ফাওবা য়াম্না রানা তমহনজরকপনি। ইনখৎলকপা যৌবনগী পূন্সি ঈচেলদা তোম্বীগী পূন্সিনা ঈতিল্লখি। ইকান কাম্লদনা মচানিপা অনি ফংখি। রানা খাঙখি পূন্সিশিংহু,

শুকম-নোমফম খঙদনা। সহুব মচা ওইকুবগা, নত্ত ওইবগা, পুনশিন্নুনা জুগালি ওইবসু খর হৈনদবগুম তৌখি।

নুমিদাংরাইবম অমা ঐখোয় অনিনা, চৈবাপ ময়াগী ঐজ্জা তোম্বগী হৈটেল্দা চা থক্লিঙৈদা, ঐজ্জানা ঙাগী ওই কবি ওই হায়রককখি,

—"ইবোহল ংঙৈবু দুকান মচা অম, ফন্নব তৌ, অদুগ নঙ্ খব শাফবা য়াই।"

ঐজ্জাগী রাহৈ খব অদু ইবোহলনা মন্ত্র ওইনা লৌখি।

খব লৈরগা নোংমা অমুক অমা ইবেহলনা লাক্লুনা ঐঙোন্দা হবাওনা হমলখি,

—"ভাই! দুকান মচাদা মীহৈন্দগী খব পৃ-খোৎ তৌতুনা হাংলে। কম্ম হপাকে খল্লি। মসি হাপ্পবদি পোৎশিং খব ফগদবা খলি।"

—"খঙদেদা হিংবা ওন্নবা পঙহোৎ হোৎনব হাযবত্তুনি হৌজিক্কি মতমদা হিংগদবসি য়াম্না লুখ্রেদা।"

—"এ! রারুন্নুদা ভাই, দুকানদম লৈবদি পোৎ-চৈ হাপ্পবদি সবকাবদগী শেন্তং লৈথনবা হোৎনবা যাইনা।"

—"ভাই নঙনদি লায়না হাংহিবা। লোন অদুসু ফংনবা হোৎনবদা মকোকথোংবা মীগী পেন্ননবা অথেনপোৎ খব থিল্লবা ভাই। নোংমগী চয়া অম ফংনবা হোৎনবিবা ঐনা মখোযদা পীনবসিবু কদায়দগী লৌরুদোইনে?"

লৈত-লাইবগী মৈথৃতনা মমিং পাঙ্বা ঙমদ্রব শ্য ঙুন্দা নোংমতা রায় হায়খিদ্রবী মপুরোইবনা কবি খল্লিগদগে হায়-ছুনতা খনজবিবী তোম্বী অমস্তুং মচানা রাবগা পোথ ফম

খওদনা লেঞ্জরিবী ইবোহলগী মমা হুকান অসি ফম্‌লকপদগী হিংবগী মহাও খর ফংলকপগুম হরাওখিবা, ইবোহলনা তৎতনা প্যান্ট্রদমখি । নোংমস্থু ঐনা লাইরিক অমা পাবোই য়েংবোই [illegible]না ইবোহল লাকখি ।

ঐনা হংখি —" ভাই, হুকানছু খর কান্নরিবত্রা ?"

—" হোয় খর কান্নরে হায়বা তাই । হন্দক্তি ইমাস্থু অঙাংশিংস্থ কুচু-কৃ:মন খর থোক্লা উরে ।"

— " উম, ইমাব থবায় খব নুংঙাইহনবা ফৈ, নওগীদমক্ রাজরক্লবী ইমানি । খও্‌দেদা ভাই, মীশিংনদি অস্থুম ঈশিং ঈচাওগুম জব জর হেনগৎলক্, গুফম নোমফমনদি লৈশিল্লক্ত, মীওইবসে খব লৈরবদি হেক পোকপগা হাংতোকপগী ফীভম য়োরক্লনি ।"

— " ঐস্থ খল্লি, অস্থুক রান হিংগদবগী মহুত্তা পোকপগা হাংতোকপিখিবনা খাইদগী হেন্না মরাইবক ফরবনি । ঐ ফাওবদা অস্থুক রানা হিংম্লবদা তুংদা লাক্কদৌরিবা মথোয়দি করি ওইগনি ।"

শারবা নুংশাগী মৈশাবু থওইদনা মশাদগী চেস্থরকপা হুমাং ঈবিক্তনা পুঙলুপ-লুপনা মখুংমক্লা শাখিবা হুকান্নি । পুন্সিগী চাউখ্রব আশা কয়াগা লোয়নননা ফমজরিবা ইবোহলগী হুকান ভসিদি চাউখৎলবা মেছিনগী যুগ অসিদা ইরাই লায়না বুল-ডে'জরনা অমুক্তং হান্নগৎলকপদা লোইখ্রে .... .... .... ।

× × × ×

লেংবান্দা কনানো অমনা তাপ পায়রকপহৃদ হায়ক্কেৎ খংবগুম তৌই । হন্না য়েংলুবদা স্নুরেস ওইরম্মী । মানা হায়রকই

—" নশা ঙমদে হায়বগা করিগীনে৷ নুংশিৎ মংকসিদা লেপ্লি-বসিবু ? নত্তে, য়েনশাং য়োনবী ইমা ইবেনশিংসিগী মংক্ত, কবি মঙ্ মঙ্লিবগে ?"

ঐনা তপ্না খুন্নখী —"বুলডোজরনা চুকান শিদোকপা য়েংলিবনি।"

— " এ! অতুগী ওইবে, ঐদি মসি খবা শিদোক-খ্রো লৌথোকখ্রো হায়রিবনি। লম্বী চংকম তেক লৈতবমখৈ 'উপু চুকান' মচা পংশাদা শাজিল্লকই।"

—" হোয়, চিনববুদি পংচিন চিল্লন্বা য়াই। অতুবু মসিনা মী খরগী চিংবগী দাবী তৌকমদি ওইরিদনা।"

—" কান্নদে নঙনা খনগনবশিনা, নশাতুতুম নুংশিৎন যৈবদা অনাবতু হেনজিল্লনি। গাডীদ কাকংললকও, য়ুমদ থিনবীরগে।"

সুবেসনা য়াদতুনা মাগী গাডীদা য়ুম তান্ন থিনবীবস্মে। য়ুম য়োরবশিদদি মথেন ফাদ্রিবা হুকচাংশি হৌজিক্তুদ চোকথবা ফাওবকই। 'ঙায়হাক্তং পোথাগে' খন্দুনা কমুংদ চিপথৈ। হিপ্না হিপ্না খল্লকই, — "তাগল্লবা নাকোং উগল্লবা মীৎ লীশীং পান্না পান্না হান্না অথিংবা পীহৌদ্রিব সনা কোন্নুংগী করম্বা থৌওংনো নত্রগ শাংলবা পূন্সি লম্বেলদ মীয়ামগী মতুং ইন্দুনা হিংনবা আশাগী ময়োল অমত থিনগৎচরুবা পূন্সিশিংগী মরাল ওইগদৌরিব্রা ......... ?" কল্লাংদা থেংলিবা ঘড়িগী কাটানা তেক-তেক নোম্ন লৈতনা চৎপগী মখোল তারকই।

১৯৮৭ ইং

## খোঙচৎ

তাইবঙ্পানশি মখল মথেল কয়াগী লল্লোন কৈথেলনি। মানা মানা পামজবা লম্বীদা লল্লোনবা ঙাক্তনি। শেন্দোং তানবা কয়ানি, শেল্লেপ মাঙ্না হন্বা কয়াস্থনি। ঙা মচা পুবী চল্লোনবীশিং অসি, ঐগা হেক্ হেক্ মিনি বস ঙাইমিন্নে। অনকুপা মক্ষমনি হায়দুনা বস অচৌবগী কাঙ্বুশিং অসিনস্তু তোংগে হায়বা শুংয়া য়াদে। সরকারগী চাকরী অমা ওইনা চৎলিবা ঐস্তু অমরোমদা লল্লোনবা ল্লাকপনি শেন্দোংগীদমক্, মখোয়স্তু লল্লোনবা চৎপনি। মখোয়গী মরক্তগী খর নহা ওইরপ তোবী অমনা রাদি কয়া ঙাঙদ ঐঙোন্দা মুনা মুনা হেক্ হেক্ য়েংলম্মী।

—'নুংশানা নুংশা শাবনে গাড়ীশিস্থ লাকখিদরেদা ঙায়বু ঙায়রবদি শুংয়ৌ হেক্ য়ৌরক্লোইদবনি।'

লাইবক্তা চেম্বরকইবা হুমাংশিংহু মচু থোক্ত্রবা কিহুগী কিজি অমনা তৈথোক-তৈথোকনা মমায় চান্নপ তৌবী অহলহুনা হায়রকই। মীনা তায় তাদে খঙদনা মথন্তা মুরুম মুরুম মখা তানা ঙাংথরকই।

—'অংক্তা চাক চখোম অমতং পুক থনবোই-থন্দবোই চাবগা থোক্লপনি। ঙা'পুদগী ঙা মচাস্থ কং-হৌনবা হোংনদবা য়াদ্রিবনি। অদুগা অমুকস্থ পাং চাবা মীশিংদা য়োললগদৌবিবনি। শিংলক্ত্রগনা কোম্থোং খুদিংগী পুথ্রি লৈবা ইঙ্খোল থিবদা মীংলি নাহুনা হল্লকইবনি। মসিগী লল্লোনবশি মথোঙ্ চাপোং নত্তে খন্না খন্না মতমশি ফনা কুইরক্লে, অসুন্না চংলকৃইবা। তোকপা শুংঙম হেক্ ঙমদে।'

তৌববুদি হায়নরিবনি রাবদগী রাবশি "ঙায়বনি"।

—'গাড়ী লাকএ! গাড়ী লাকএ!'

মহৈ মহৈ ফুক যুক হৌগংনৈ, মরাঙ মরাঙ তৌ-নরকই। তোংহুনা লাকপশিংহু কুমথফাংত্রি, ময়াম গাড়ীগী থোঙহুদা হেংচিন্নরকই। গাড়ী মতৌশিদা তোংগদৌরিবা মীয়ামশিগা "ঙারী নম্ব'গা মান্নবা চংকদৌরিবনি।

'ইমায়পেম্মা নুমিংশি আ! য়ৌখরে। ড্রাইভর কদায় চংথ্রবগে? ইবুংঙো চংলসি লাওনে। এখোয়বু ঙাসি শীংতহুনা তোক্অরনি।'

নুংশা মরকসিদা ড্রাইভরহুদি রারম্মোইদৌবহু 'ঙায়,

শানোয়বী নুপীতুনা ঙাঙলকইবতু। ড্রাইভরসু লল্লোন কৈথেল কারকপনি, শেন্দোং তান্নবা, অতুবু মহাকসু মীনি, মঙোন্দসু ফাওই অন্না-নুংঙাইগী পূন্নিং ইথিল। মপান-ইপান ঙায়হাক্কুং থোকচতুনা হকৃচিক লাংজবতুফাও জ্ঞান মেন তাপোৎ নত্তে।

গাড়ীতু চৎপা হৌরকপা থোঙ্গাল অতুম মবিদবু মঙায়-রি। লৈশাবী অনিখক্না গাড়ীতু খামলকই। ইনখৎলক-পগী য়ক লাওখৎলকইবা ড্রাইভরতুনা ব্রেক খংফা ফায়। ঙসায়গী শানোয়বী নুপীতুনা খংচৈ-চৈবকই।

—'শিরেনহায় চণ্ডাল! গাড়ীবু অতুমনা খাম্বা হৌ-নত্রা? মমায় মমীৎ ইথক হেক থকঅদনা।'

মতায়দা ফম্বী খব অহল ওইবপ হৌবৰী অমনা কার-কইবা লৈশাবী অনিতুদা য়েংলগা ঙাংলকই,

—'ঐখোয়না নহা ওইবিদৌদা ফজবতুদি হৌজিক-কানগী লৈশাবীশিংনা পংয়েক্কা যেকশিল্লগা কেরিবশিনকা য়ৌপোৎ নত্তেদা।'

হৌখ্রবা পূন্সিগী শক্তমু নীংশিঙলক্কব। কনাবু য়াওবগে? নীংশিঙবশিমক লৈরমদ্রবদি পূন্সিবু মহাও থোকহল্লমদবমু য়াই। ইনাক্কা ফন্নিবী ঙায়োনবীতুনা খ্বাংচেৎ মচিদগী হিদাকমনা শেৎনা শেৎনা কা উমশাযদা হায়বকই,

—'ইবেম্মা, অহলশিনা নহা ওইবিদৌদা ফজবশিদি য়েংবা ঙম্নমপোৎ নত্তেদা। মরাইবক থীবনা মপুরোয়বা ঙম্বা লৈখিদরে। মচাসু নুপী ঙাক্কা অতুম, নুপা অমতং হেক য়াওজরবসু ফগদৌবা। ফনা নহা ওইরিদৌদগীনি মানা

খোঙচৎ

লপ্পোনবা চৎলকৃইবশি .... .... .... ।

মাস্থু নুপীনি ঐস্থু নুপীনি। ঐনা ঈশা ইরোমদোম লেপচবা ঙমজরবকাওবদা ইমা ইপাগী থম্মোয়দা পেল্লমখি-রোয়দ্রা ... ।

—'হৈ!! 'শিদবু গড়ী খাম্মীনে। নপা - য়ানিমচাগী ড্রাইভর! 'শিদবু করম্না মী হাপচিনখিদোয়নো?'

ময়াং কংলপ তৌবিদুনা লুতুংগী ফারপ তৌরিবা শমহু পুনশিন্ পুনশিন্না লাউরকখিবনি। মনিংলোমদগী অমনা অমুক তনখুম খুমলক্ই,

—'লোইনমক্ চৎনিংবা ঙাক্তনি, পংহাপতা হেক্ হাপচিল্লু।'

চৈবকশিদা ঙসায়গী শানোয়বী নুপীদুনা থুনা খুমলক্ই,

—'নথক্তা কারগা হেক কমহল্লু।'

তাঞ্জাশিদা নুপা অনিখক গাড়ীদা কাখৎলকই। লম্বীদা চৎচবা নুপীদা খুৎনা খজিক্তং থেংলুবদা লৈবাক রাথোক ওইনবদু পিকথ্রবা গাড়ী মনুংশিদদি মহুগা খল্লবা শংপোৎ নত্তে। গাড়ী ডাইরম্বা কাওবুস্থু মখোয়দবু লেপকম কংহৌরবদি হায়দুনা অমগী মথক্তা অমা গীরি গীরি হেক্তা ইনশিল্লকই। ইনাক্তা ফল্লিবী লপ্পোনবীদুনা হায়রকই,

—'ইবেম্মা নফি নরোন্দু তাশিল্লু, যুগোৎ চা'পোৎ নত্তেনে ঐখোয়সে।'

—'য়ানিদা চঙশিনবীরকউ।'

হায়দি হায়দোকউরে, চঙশিনগে হোৎনরুববু ইশাশি মচি লেংবা ইয়া য়াদ্রে। অহলশিমদি জ্ঞান কনা তানা উই।

ঙাহিংনে চাহিংনে, হুমাং মনম্নে স্বকগা হোনক্ষম্ খঙপোৎ নত্তে। ঙা মচা পুবা খাওহুদ পকূলক্পা লৈখোমহুনা ফিদা তৈহুনা লৈরম্মী। হায়কেৎ পূক্লিংদা নুংঙায়তবা ফাওরকই। রুমালনা নাম্থোকশিরা হোৎনরুববু হেন্নহুম চায়থোকপগুম তৌরে। ঐনা লৈখোম তৈথোকপহু মাঙদা ওনশিল্লগা ফম্লিবী ঐঙোন্দা ইতৎ তৎতনা য়েংবী নুপীহুনা মুন্না য়েংলক্লগা হায়বকই,

—'ইন্দোন ঐখোয়বু ময়েকনাইবগা শেৎলদনা কেনা চৎপকায়হু ফংলক্খিগদ্রা খঙদেনে!'

ফম্মিন্নবিবা ময়ামহু রা লাউনা নোক্লকই। ময়াম নোক্লক্পহুদা মহাক্কী মমায়হু হেনৌ অমুনবগুম তঙাং তঙাং মমীৎতা মপি ইহৌরকই। নাম্তবক্কদোবগী তনিক্ তনিক্ খাঙ্লিবা মীৎকী পিহু মনজুনববা ফিজিহুনা তপ্না তপ্না তৈথোক্লগা নোকমি নোকমি অমকম্থু হায়বকই,

—'অওইবনি, অম্মুম্না ঐখোয়না লৈখোম লৈন'ং তৈনা চৎলক্ইবশি কয়াদি কুইরক্লে।'

ময়ামদি মখা তানা নোক্লক্ই। মাগী রাঙাংশিনা মখোয়দা করম্বা ইহুল পোকহল্লবনো খঙদ। মাগী মীৎকী পিদী লেপ্তুনা তারকই। মখোয়স্থু নুপীনি, কেজ নৌজবতনা মশিঙ্গাং ওইজবী। কবিগী ফজবা ফিজোল শেৎতুনা মপুরোইবগী মমাঙ থানা চৎনিং-লোইদগে। হিংনবগী লিপুন্না চেৎনা পুনশিনবিবদগী পুম্নমক নাথৈরম্লবা ঙাক্তনি। থম্মোয়নুংদা লৈবিবা ফজবা অপাম্বগী রাখল করিগুম্বা মতমদা য়াকাইরম্লোই হায়নিংঙাই লৈতে........।

—'বোবোই মখোঙ য়ৌরে, য়াও'রিবরো?' হেণ্ডলমেনা লাউরকই।

'হেমা, য়ুম মপা য়োরম্মেনা ।' পূরিংদা খল্লকই, তায়দোকখি
— 'ও ! য়াওরিয়ে য়াওরিয়ে ।'

—'খরা থুনা খোকপীরক্উ ।' তুংদা গাড়ী অমা লাকএ !' হেণ্ডলমেনহুনা তনখুম - খুন্নক্ পনি ।

'ঐখোয়বু অচেনবা গাড়ীশিদগী চোংথহুনা শিয় হায়রিব্রা ?' খুমদি খুমুদ্রে, পূরিংদা খল্লি । ঐহাক কুমথহোরে ।

অফুনবা গাড়ীদগী কুমথহোরবফাওবদা পূরিং রাখলশি ইহাঙ্ হাঙ্উ হায়বা য়াদ্রে । থম্মোয়শিদা নহা ওইরপ তৌবী লল্লোনবীহুগী রাঙাং অহুগা মাগী অনোকপা মায়থোংহুদা চেম্মরকইবা থিংঙমদ্রবা মীৎলুগী পি, মসিগী অর্থ থিনা থিনা অহুম্মক লৈহৌরে ।

মে, ১৯৮৯ ইং

# য়োংহ্লিংদুগী ঋাংমদা

**খোঙবুরোই,**

পুন্সিগী খোঙচংসে ঙক্রা ? খঙদে নঙদি, ঐদি ঙকই তশেংনমক ঙকই । কদায়দগী হোরকইবা কদায়দা থুলুংগদৌরিবা ? নঙ খঙব্রা ? হায়দি হায়নৈ, তাইবঙ্ মপু হায়বা অমা লৈ । তশেংনমক্ মহাক্ লৈবজাংলা ? লৈদ লৈজাংলনে ? লৈবা লৈতবা ঙক্কবা ঙমদে । অহুবু নঙমু অসিমবুদি য়ানিংসম্বা য়াই 'নুপী নুপা পুম্না লৈমিন্নদবা য়াদে ।' মরম খঙব্রা ? শোয়দনমক্কী খঙ্লমগনি । খঙদ খঙব্রনে ? শাস্ত্রদদি মীওইবগী তৌদবা য়াদবা অমনি হায়না তাকলিবদাই, হায় – 'মীওইনা পোক্লবদি জুরা শেমছনা

ভাইবঙ্ মপুগী মমীং পেলহনবা তাই। মতুনা ওইরম্বা তাই, নঙনা ঐগী নাক্তা তত্তনা ঙংলখিবদে।। অওইবরা ওইদবরা, ঐনা নঙোন্দা ঐগী নুংশিবা পীথোকলুই, পীথোল্লমদাই মতমদদি বন্নিস্সু খঙ্গহৌদে। 'মায়া'না কুপ্লবা থম্মোয়শিবু, পূন্নিং রাখলশিবু ফাজিনবা নঙ্হৌদা পীথোক্লুই, লোইনমক্ নকাদা লাম্নোকলুই। নঙদি ঐবু নুংশিখিববা নুংশিখিদবরা ঐ খঙদে। নঙগী শকুউদবা রাখলবু করম্না খঙলুগনি? অদুবু 'মায়া'নরা? নঙ্ ঐঙোন্দা ঙাওদি ঙাওখি। ঙাওখিদে হায়গদৌবিব্রা? ফবে, হায়নীংবা অমা হায়য়ু, ঐ বন্নিস্সু খন্দেদা, ভশেংনমক্ ঐ করিমত্তা খন্দে। অদুবু নঙ্ ঐগীস্সু মপাম্নোংদা উৎপা য়াদবা পূন্নিং রাখল হায়বা অমদি লৈরিদনা। মসিমদি নঙ্ শোয়দনমক্কী য়ানিংলমগনি। য়াদে হায়গদৌবিব্রা?

খোঙবু ওইনা অমগী অরাবা অমনা মতেঙ্ পাংনদুনা চৎমিন্নবিবা পূন্সি খোঙ্চৎ অনিদুগী থম্মোয়গী রাখলশিংদু খঙ্নবদি অযবা ওইরোইদ্রা? হোয় তৌববুদি নুপা খুদিংগী থম্মোয়দা নুপীবু মখোয়গী খুবামনুংদা থম্বা পাম্মী। নুপা অদুগী অফ-ফত্তগী মবমদা হাক্লা খিজিন্বদস্সু নুপী অদুদা অধিকাব পীবিদে। ঐগীসিবু য়াম্না রারোইবব্রা? রারোইরম্বস্সু য়াই। অদুবু নুপীনা মপাম্নোক্লা শুজ নোমজরুবদা করম্বা নুপীবু বদনাম পীদনা তোকপা য়াওখ্রবগে? মপুরোইবা লৈত্রবী নুপীবু অংানবা মীংয়েংনা য়েংবিদবা কনা লৈপ্রবগে। হায়-রিবশিংদুনদি হোৎনবি নুপীবু ফত্তবা কোমদা পুশিন্নবা, অপাম্বা মিহৌবা খরগীদমক্, রাফমশিবু লাল্লব্রা? শাস্ত্রনা হায়রী,

মুপীদি মতম পূম্বদা মুপানা চেৎনা ঙাক্ শেন্দুনা থমগদবনি। অদুবু শাত্রদুনা মুপীগী থম্মোয়গী অনীংবা অদু মনীং ঙম্মা কোঙ দোক্চবা ঙমনবগী অধিকার পীবিরম্বদা করি অকায়বা লৈবগে ? 'পী'দি হায়রকনি, অদুবু সমাজশিনা মদুবু হরাওনা য়াগ্রবরা ? করিগুম্বা ঐগী রাখলগী আপম্বা অসি নঙ্না খজিক্কুং খঙ্বিরম্লবদি.......... ।

মীওইবদি অপাম মিহৌবা পোং ফংনবা হোৎনবদা শিবা কিদে। শা ফাওবা ওইরকই। ঐগীসিবু হেনমল্লবরা ? নঙগী লোম্বোক্তবা মপাম্বোংগী শাজৎ অদুনদি ঐহাক নঙোন্দগী লাপথোকখিবা তাবনি। মরমদি ঐগীসু থম্মোয়গী ওইবা অনীংবা অমদি লৈরিদনা। মসিমদি নহাক। ঐগী ইফমদগী খঙনবা হোৎনখিদে। করিগীনো, নঙন। অদুক থম্মোয় কনখিবা ? ঐঙোন্দা ইশাগী নীংজবা থরদং থুংহনবীবদা করি অকায়বা লৈখিবগে ? ফরে অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, অদুবু ঙায়হাক্কুং হোৎরকপা পূম্নিংগী ঈথক–ইপোমশিং অদুবু নঙনা তত্তুনা নৈথায়বিবা অদুদি ঐহাক্ শুংপাম পামদে, য়াম্না পেনখিদে........... !

জীব পূম্নমক্ নীংতম্বা পাম্মী। নহাকসু য়ারমগনি। রাম্বী অমা লৈবদাই—ময়াং কংলবা লমহুই অমনা নোয় পেন্নবা হুইগী মঙক্শমদা লৈবা দাগফম উরুবদগী অহাওবা চাবা, নোয় পেনবা পামখিদে। উমং–রামংদা অফংবা উহৈ রাহৈ থর চারগা নীংতম্না লেনবহু পামখি। অদুবু মীওইবদি মালেম তম্পাক্তা হেক তারকপদগী হৌনা অফা - অপুনগী য়োংহিলংনা পুনবা হোরে। লাদ্রা ? অমুকসু য়ুম পানবগী

লম্বীদা খোঙদাবা হেক্ হৌখিবদা নুপীগীদি হেন্না কনবা য়োংহল্লিং অমমুক্ ইশা পুম্বদা থাংজিল্লবনি। লুব্বিবনা লৈমিন্নবিবা থম্মোয় অনিতুগী ঈচেলহু অমত্ত ওইনা তিন্নদবা তারগদি ঈচেলহুগী তোর্ব্বান রাংম রাংমগুম্বনি। য়ানীংব্রা ?

সনাগী ঝিঞ্জুর থদংলম্নগা পোননুংদগী পাইখোরকখিবা নুমিত্তো চহি কয়া শুবক্লে, নীংশিংঙলিব্রা ? নীংশিংঙবিরমদবস্মু য়াই। অতুবু লেপ্পুবা মতমগী খোঙচংতা ঙসিদি মুবম্বা শমদো ভৌরক্লে। মায়সিদা চহিগী নৈই চিংবা হৌবক্লে। তুমিংতূদগী ঙসি কাওবা ঐহাক কনাগী মীংয়েংখাদা তিংব্রি। লুব্বিবদি সমাজসিদা ঐসি নহাক্কীনি হায়বশিমদি খঙদবা কনাস্মু য়াওরমগ্রে। মরম অতুনা পাউ অসিমদি নাক্লোন্দা তম্বদা খোয়দোক্লা কায়দমাগ্লে খল্লি। অতুনা ইব্বিবনি চিঠি অসিমক্, শেরান্নবা লৌগদৌবিব্রা ? লৌখিবা তারগস্মু ঐগীদি কায়দ্রে। ঐহাক সাহিত্যগী মনা অমা কংলে। মনা লৌবা চংকাদৌরী। পুন্সিদা খেংনরকপা, উরকপা, খঙ্লকপা কয়াদা শাগংখিবা ঐগী লাইরিক্কি "য়োংহল্লিংতুগী রাংমদা"।

নহাক্কী

নক্লা অমম্বী

১৯৮৭, ইং

## অখঙবা মাবু খঙনরক্খিগদ্রা

থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা হোটেল অমগী মমাঙদা মীয়াম ওমশিন্নদুনা লৈরম্মী। মখোয় মশেল অমনা ঙাংবা অমনা তানরমদে। পংলাউতা লাউনরম্মী,

—'হাত্তোকউ, মকোক্তু থুগাইয়ু।'

—'মখোয়শি লৈবনা লম্বীশি কয়াদা রায় চিলহল্লবনো?'

—'মখোয় খরশিনা সমাজসিবু মশক্ থিহল্লবনি।'

—'মচা পোক্লগা পীজগনি খঙদবদগী মীগী মপোৎ লাক্লগা চারিবনি।'

ঙাংবগ লোয়না লোয়ননা-মখোয়গী মখূৎশিং অদু লে-প্লমদে। লেপ্তুনা অসুম চঙশিল্লকপদগী খঙলক্লে মীয়াম

চঙ্‌ হুনা ফুখিরম্লিবা অদু 'মহাক' ওইরম্লে। ঐনা চঙশিলহুনা হংলুই,

—'কনাদা করি তৌরম্বগীনো?'

ইনাক্তা লেপ্লম্বা নুপা অমনা খুম্লকই,

—'ঐনা হোটেলশিদগী অথুম-অহাও খর লৈরগা হেক খোক্‌লকপগা অঙাওবশিনা খুংশিদগী লাক্লগা চাথিরবনি। অদুগীনি ময়াম চঙ্‌ হুনা ফুরিবশি।'

মহাক্কী রা অদু হেক্‌ তাবগা ফুরিংখাওদগী লুপা খর লৌথাক্লগা পীরম্মী। লুপা খবদু পীবদগী রা মখা তাবমদনা নুপাদু চংখ্রে। মহাক্না চংথ্রবহুদদি অচুম-অরান খঙ্‌দনা হোৎচিল্লম্বা মীয়ামশিং অদুস্থু কায়নখ্রে।

মনাক্তা চঙশিন্নগা উফুলশিং অদু কন্‌থোক কন্‌থোক্লা ঐনা হংলুই,

—'করিনো তৌবম্মীবসি?'

—'কৈদৌবগে হা?'

—'কৈদৌবগে হায়বদি করিনো?'

—'খঙদ্রগা নশাদা হংঙ্‌দনা?'

—'ইশাদা হংগদবা, করম্না?

—'মী অমগা অমগগী মরীবু অদুরনে? অদুক্‌ নুংশিনা, 'মাই লভ, মাই হার্ট' হায়রগা থৌরী কোঙ্গোয়—।'

—'ফবে তোক্লো মখা ভারনু।'

—'ঙাংখিনি, তাবিনিংঙাই লৈত্রবস্থু। ঐগী চিনসিদি চোকথবা নাইত্রি।'

কুইরবগী তুংদা ঙসিনা অহানবনি মাগা ঐগা থেংনবা।

ঐহাক্ লাক্লমক্সবদি মহাক্ শোয়দনমক্কী শিরম্বা য়াই।
শকফমদো ফনা শোক্চিল্লয়ে। চঙশিল্লগা অশোকপা মফমত্নদগী থোকলকপা ঈ শিংত্থ রুমালনা নপথোকপীরে। ফারমাসি অমদগী হিদাক লৈরুত্থনা তৈশিনবীবম্মী। মনাক নক্পদা লৈরম্বা হোটেল অমদা চঙলগা অচোয় - অপা খর চামিন্নরগা মখা দুকানলোমদা হায়থমিন্নরে।
খুথ্রবা লম্বীসিদা জিপ, কার, লুনা, সাইকল, খোঙ্ রাংতে, লেংগা লেংগা থেংনত্থনা চংলি। নাক্ য়েংকী দুকানশিংগী মমাংদা লৈবিবা ফুটপাঠ মচা অসিদফাও মুচি-শিংগী ফমফম ওইশিনখিবনা চংফম লৈতে। চংনা চংনা ঐনা হংই,
—'মরুপ নঙ ঐবু শক্ খঙ্লিববা?'
—'কবি খঙদনি, ঙক্ইবদি ঐবু উবদা থেদোক্কুনা চংলিবা মশা নানবা ময়ামসিগী মবক্তা নঙ্না ঐগা চংমিন্নরিবসিনি।'
—'মত্থদা করি কায়বগে? নঙ্দি ঐগী অঙাং ওইবিভৈদগী মরুপনি।'
—'মরুপ!'
মহাক খঙহৌদনা শিথ শিথ নোক্লক্ই। চংলিবা মীয়ামত্থ ঐখোয় অনিদা লোয়নমক্ য়েংশিল্লকপগুম তৌরকই। ইথন্তা ইকায়বা ফাওরকই,
—'করিগীনো নঙনা অত্থক কন্না নোকইবদি?'
—'নঙনা মরুপ হায়বত্থদনি।'

—'মসিদা করি কায়বগে ?'

—'হৌজিকপু নত কনা নশাবু থাজব' ঙম্লিত্রা ?

তাঙ্গাশিদা মখারোমদগী গাড়ী অম: য়াম্না কন্না থোরকই। হোরোন মখোলতুদা মী পৃম্নমক মশা খঙদনা হন্দোক্লে। ঐখোয় অনিস্থু চোংথোক্লমদ্রবদি শোয়বস্থা য়াই। মানা চৈরকই,

—'হুরান পেং পুবা ওক্তরিনি।

—'নঙদি করম্না খঙলিবা ?'

—'নত্রবদি মীরকশিদবু অস্থুক কন্না থোবা হৌনব্রে' মানা হায়গুম্মদনা পুলিসকী গাড়ীনা কন্না তান্নখি।

—'সি ঙাক্তনি সমাজসিদা লৈরিবসি, নঙদি য়েংবা ছেবা নমিংস্থু পন্দে। য়েংবা হৈরগনা কুম্মু, হৈত্রগন খোয়শাওনবা ওমচান্নবা।'

—'নঙদি করি খল্লি ?'

—'ঐদি ঐনিদনা, অশেংবা ইশক থিজরীবা মী, য়েংউ ইরমচং তমত্রবা মীবমচংতা শিবা বিত্রবশিংসে।'

উম, নীংশিঙ্লকই, বোংদা ঐনা লাইরিক তম্লিবঙ মনুংদনি। নুমিদাংরায়রম অমা কোয়থোকপা চংপদা নোংচুপকী ফিজোলনা লৈতেংলবী মশাবু কনানো খংজদ্রবী ইরমদমশিগী নুপীতুনা হায়না-হুমনা মীরমদুদ চংহৌবদো। তুংদনা লাইরেন মতুং ঙাইনবগুম শঙ্গু অমা। অতুদগী থোকখিবা থোদোক্কো............।

—'য়েংঙু নহে!' লেংবান্দা থক্ ইল্লকই।

—'করিনো! ?'

—'তু আদগীসে।'

মানা তাকপা মাইকৈরোমদা য়েংথোক্লুই। নোংচুপকী মী মালহন্নবা হোৎনরিবী চীংমী নিংঙোল অমা মীরমগী নুপা অমগা লোয়নননা হোটেলগী শিড়িদা কুমথরকই। হঙ্গৎনা হায়রপ য়েংলুবদা 'রোয়েল হোটেল' হায়না থারম্মী।

—'অঙকপনি মীওইবশিবু থাজবা য়ারিব্রা?'

মথন্তা শোনখি। মখা তানা অমুকস্তু হায়রকই,

—'অসি করিগীনো খঙলব্রা? হিংনবগীদমক্নি'

ও! অমুকস্তু নীংশিঙ্লক্লে, নুপী অসি ঐহাক হান্না কদায়দনো থেংনখ্রে। মক্ষমতু নীংশিংবদা হায়রপ রাবগুম তৌরে। হোটেল অমগী মনুংদা ঐস্তু কোক্কী থক্পা ক্ষম্লিখৈ-দনি। শানৌ অসিনা কোয়েৎ য়েৎপা ৱাং চাউবা মপুক নোয়বা মীরম নুপা অমগী পাস্বোমদা কোল্লগা নোক খেতুনা চংলকুখিব্রহু। নুমিৎ অহুদনা মহাক্কী করি............?

ঐনা মঙোন্দা হংলুই,

—''সিগুম্বা লমচংশি নত্রবদি হিংনবা লম্বী লৈত্রবরা?'

—'করিগীনো নঙ্না মহু হংলিবা?'

—'পাউখুম ফংলরোইদ্রনে?'

—'নশাগী মরী মতা য়ৗোন কৈরোম্নবা মীশিংহু থাজবা ঙম্লিব্রা হৌজিকক্ষাগুবা?'

—'অহুদি পূম্নমক্ তৌশিন্নবা ওইদবা ঙাক্করা?'

অমুকস্তু মহাক্ হৌনা নোক্লকই। ঐহাক্না হায়রপ খোন কন্না হায়রুই,

—'অদুমনা নোক্নু, তাবা, হৈনদে।'

মহাক তুমিন্না লৈথ্রে। তুমিন্না অম্পুম চৎপশি ইথন্তা হৈনদবা ক্ষাওরকই। মঙোন্দদি চৎলিবা মীয়ামদু করিসু উদবগুম তৌই। মহাক্না মতৌদুদা হায়রম্মী,

—'মরুপ বাজারদা অমুক্ হায়গৎশি।'

পাউখুম অমত্তা পীরক্তে। ইতুং ইন্দুনা অদুম্মক্ লাকই। তুমিন্না অম্পুন চৎলিঙৈ নুংহিক্লবা খোঙ্গুলদু তাবদা ঐহাক ইঙক্ ঙকলম্মী। ঐনা য়েংলুবদদি মহাক্না নীংবা কায়বা খোঙ্গেলগা ঈরোয়ননা আ! নুংদগী থোক্লকপা পেন্দবগী খোন্তোক্লা হায়রকই,

—'লৌনম লাংথাক্কী লাংদা উপায় লৈজখিত্রবী ইচল অদুসু নুমিৎতুদনি, মীনুংশি খঙ্দবশিংদুনা… … …. ।'

—'করিনো নঙ্না হায়রিবদুবু?' থাজদবা অঙ্কপা খোঙ্গেল অমগা লোয়ননা মঙোন্দা হংখি'

—'উম! পূন্সিগী লানকমশিদনি ঐনা ইচলগীদক্ মরাল লৈবশিংবু দগি পীনবা অচুম-অরানগী অকন্বা লান শোক্লখিবদু। অদুবু উপায় লৈত্রবা ইমুংদা পোক্লবনা মরাল লৈত্রবী ইচন্দো পূন্নমক্লা লান্না য়েংবিখি।'

চুম্মী, মহাক্কী মচল অমা লৈখি। ইংনা রাশী লৈনা ফজবী শক্ ফমনি। কৌনা কাওশিং মরক্তা শাৎলক্পা মচু শেংলবা থম্বালগী শক্তমগুন্নবী মহাক্কী মায়থোংদা নোংমতা অরাবা খাংঙমদগী মতৌ উখিদে। মমা মবুঙগী নুংঙাইনবা হোৎনখিবনা মহাক্কী থৌদাংনি খঙ্গখিবনি। মহাক্না মখা তারকই,

—'মতম অদু ঐহাক থীকাদার অমগী থবক্ শুবা

চৎলি। নুমিৎ অহু থীকাদারনা পৈশা য়েন্নি হায়বদগী ইমা মশা ঙমদবহু থনম্লগা চৎপা তাখি। খুৎশুমলদ্ধ নুমিৎ-তুদা 'লৌহৌত্রবদি করম্বা মতমদা অমুক্ ফংগনি খঙ্বা ঙম্বা নত্তে। ইমাগী মতৌহুদা ইচল মথম্তা থনম্বহু নুংঙাই-তবদগী থংনবদা লৈরীবা ইখুরাহুদা মখোয়বু খর য়েংশিনবী-রম্মু হায়না শিন্নরম্মী। অহুবু মচামক্লি খন্না ঙাকপী শে-নবীগনি শিন্নজরম্বা ইখুরা অহুমক্লা খুদোংচাবা লৌখি। মশাগী ওইজবতনা মমীৎ তাংলবা ইখুরা অহুনা ইচলহুবু য়ুমহুমক্তুদা শারমচৎ হৈনরবা মীওইশিংহুদা শিন্নরম্মী। ঐনা য়ুমদা হল্লকপা মতমদদি শিরমদাইগী অরোয়বা পুংজা য়োর-ক্লবা ইমাহুনা ঐতবু ঙায়রমখি। 'ইচন্দুবু কদায় চংথ্রে হংলুবদদি থাঙ্গৎপা ঙমত্রবা মখুৎ অহুনা, ইচলগী কারোমদা খুদোম্বী থ্রিল্ল-কখি। পাখৎপোই করিওইট চেনশিন্দুনা থোংহু ননলুই। অহুবু মনুংলোমদগী লোনশিনখিরম্লে। ইশা পুম্বা থক্ থক্ নিক্ল-ম্মী। চিংনবনা লৈতাকম খঙলক্ত্রবা ঐনা পরপ পরপ চৎ তুনা য়েনখাদগী শিঙ্জং লোরম্মী অহুগা লৈজবা থৌনা পুম্বা খোমজিন্দুনা থোঙহু য়ানখায়রম্মী। অহুবু ইচন্দুদি............।

মহাক্নী স্বর ফুনগৎলম্মী। মখা তারক্দোরিবা রাহৈ খর অহু তানিংমনবদগী অমুক্সু হায়ক্লরি,

—মখাদি করি? হায়য়ু করি তৌগ্রে?'

মহাক্না য়াম্না শাংবা স্বর অমা চিংথরবা তুংদা হায়রকখি,

—'শাশিংহুনা নৈম্বেক্পিরম্নবা ঐগী ইচলগী ফিভ-মদো............।'

'খঙ্ঙে, মখা তারক্লনু।'

—'য়াদ্রি তাখো, নুমিৎতুদা ইচলগা ইমাগা পুন্না চৎগ্রে।'

মখা তানরুদ্রে। লেপ্পুনা থাংলিবা ঐখোয়গী খোং-থাংদি শমু মখোঙ যৌবগ্নে। ঐহাক্ য়ুমদা হন্নিংবা কাও-রক্লে। হায়রুই,

—'মরুপ হন্নরসি।'

—'নঙ চৎলে। ঐদি চৎপা য়াদে। ঐগী য়ুম লৈতবা কুইরে। ঐদি কৈথেল ফম্বী ইমা ইবেলশিংগী পোৎশিং শঙলুখিনি। মখোয়না ঐগী চানবা থম্বিবগ্নী।'

—'য়ুমদি কদায় চৎগ্রবা?'

—'য়ুমগী ব্রা হঙলক্লনু? নাইতোম হিবগীদমক্তি য়াম্না লাই। অত্তুননি ঐনা ঙসি অঙাওবা ওইনা চংলি-বসি। মীয়ামগী মীঙ্গৌশিনা ঐবু হিংবা ঙমহল্লি। কান্নদে মরুপ নয়ুমদা হল্লো, ঐসু চৎগ্রগে।'

ঐহাক্না মখা তারকপা নঙত্রিখৈ মহাক্কী খোঙথাং থুগ্রে। খামলুবস্তু নঙহৌগ্রে। খঙত্রিবা ব্রারী কয়াগী চৈনা-খোল পিরম্লগা মহাক্ চৎগ্রে। মফম থঙদনা চোকথববা ইশাশি পুত্তুনা তন্দে মান্দে য়ুমলোমদা মায় লৈরক্লে।

১৯৮৭ ইং

# পূন্সি লমখায়দা

মীয়ামশিং অহু তুমিন্-তুমিন্, তূমপক-তুমপক লৈনবস্থু য়াওরি। নুপা নহা খবনা য়োংপাক্ পায়দুনা শুমাং অহু নাপী ফাল্লি। খর অমদনা পৈয়া শিবস্থু য়াওরী। মাঙ্গোলদা লৈবিবা নুপীশিংস্থু মথৌ অমমম্ লোয়না পানবগুম তৌই। মাঙ্গোলগী ফম্মেন্দুদা মাইবনা থুং থাগদবগী ঙায়রিবা তোম্বীমচানা থরায়গা হকচাংগা কায়নরমদায়গী মৈচাক খাঙবগুম তৌরি। লুখুমগী মচী অমদনা চংথ্রগদবা থরায় অহুনা অমুক হন্না অফবা মপোক্তা পোক্লকনবা 'গোপাল সর্সনাম' থীরি, মনিংগী ঐজ্ঞা চাউবনা।

শাংসবা পুন্সি লম্বেলদা অৱা-নুংঙাইগী পোৎলুম কয়া পুমিন্নরক্লবা তোম্বীমচাগী পীরাংনা শিল্লবা মাইথোংহু য়েংহুনা ফম্লী ওজা লৈরেন। কনা লাক্পা করি তৌরিবা মাগী রা-খলদা করিস্ু চওদ-উদবগুম তৌই। প্রকৃতিগী শাফু কল্লবা নোংলৈ-নুংশিং অমদি নোংজু-নুংশা কয়াবু ঙাক্থোক্চহুনা পামেল কৈরা অচৌবশিদা চাউনা মহুম শাজহুনা মচা-মশু কয়াগা মপূন্সি লেনমিন্নরকখিবী তোম্বীমচানি।

নহা ওইরিবৈ ফনা ঙাওনা হৌরকখিবা ওজা লৈ-রেননি। নোংমা তোম্বীমচাবু উরুবা মিৎকুপ্তা মনাক্তা চেংনা থমনীংখি। কয়ারক কোয়বা চৎখি তোম্বীমচাগী য়ুমদা। ইংজ-তপচবী, মোং-হাদবি তোম্বীমচানা হায়,

— 'অহল-লম্মন থারকউ, হায়ন-শিংনবকাইহু পামজৈ।'

ফিংগনবা লৈরেন তোম্বীমচাদা শাওরুবা ঙমদে।

লৈরেনগী অহল লম্মনশিং তোম্বীমচাবু হায়বা চৎলুই। পীরক্তে। লৈরেন মপূক্লিংদা নুংঙাইতে। নোংমা ফিংগনবা লৈরেন তোম্বীমচাগী ময়ুমদা চৎলি। মাঙ্গোলগী মচি অমদা পিথ্রাই শমুক্ মাংদা থাহুনা কনেক্ ফিবান লোল্লম্বী তোম্বী-মচাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা থুদাং তাপ পায়রগা হায়রকই,

— 'ঙসিদগী নঙ্ ইনাক্তা লৈরুরগদবনি নত্রবদি মকম-সিদগী শিত্রিফাওবা ঐ হল্লরোই।'

মতমসিমক্তি ইমুংগী মী পুম্বা লৌবুক্তা কুমনখিবা অতমনি। থম্বমক্তা লাম্বা পাবা য়াত্রবস্ু খুন্দুদা হায়ক্কেৎ মমীং চৎলিবা লৈরেনগী খুবামনুংদগী তোম্বীমচা নাম্ফোক্লবগী

উপায় লৈখিদে। খনজৈ থম্মোয়নুংদা,

—'খিদা অঙাওবশিদি।'

লৈরেনগী পুক্লিং খংলবা তোম্বীমচানা তপ্পা থেমজিল্লকই,

—'হোরেন নুমিদাং খুনগী পল্লীদা ঙাঁয়বমউ। সে! ফজদে, খুৎশি থাদোকপীয়ু।'

তোম্বীমচাগী রাহৈশিংসিদা লৈরেনগী থম্মোয় হায়ফেৎ পেৎথরকপগুম তৌরকপ্রা। লৈবেন পায়বম্বা তোম্বীমচাগী খুৎতু থাদোক্লগা হায়রকই,

—'নুমিদাং তৌম্রী খোঙলাকে, মতমতুদা খোকললকউ।'

—'খুদোং ফানবিখো।'

লৈবেন তান্দ্রে, চেনখ্রে। তোম্বীমচা মদোম নোকচ-হৌই। চেনখ্রিবা লৈরেনবু উদ্রিফাওবা য়েংহৌই।

মঙাও থিবা লৈবেনসে তৌম্রী খোংবদতু নত্তনা পেনা খোংবদসু য়াম্না হে। নোংমা নুমিদাং অমা হনজিল্লক্লগা হায়রৈ,

—'তোম্বীমচা জগোয় শাওবা, ঐ পেনা খোংগে।'

—'হৌজিকপু করম্না জগোয় শাগদৌবিবা?'

য়াদে তোম্বীমচানা। নুমিদাং লৈবেন চাক চাদনা হিপখি। তোম্বীমচা মপুরোইবগী মতৌত্নদা নোকচৈ, পেনসু পেনজৈ।

অমুক্তি খুনগী লাই হরাওবদা তোম্বীমচাবু জগোই শাহল্লি। মহাক্না পেনা খোংই। নুমিদাং তোম্বীমচানা হংজৈ,

—'ঙসিগী জগোইত্নবু কমদৌখিবগে?'

—'চীনসি অনি শুরম্নবদি তৌত্ৰীগী খোংগেল অমসু হাপ্তুনা নুমিদাংতুগী মীয়ামদু পুমশুম শুম্বা ওমলমগদবনি।'

হায়সু হায়নখি নুমিৎতুগী তোম্বীমচাগী জগোয়। খুনজা-শিংনা ঙাংনবদু তারগা মাগী নুপীবু হেন্না নুংশিরকখি। লৈরেননা খনজে,

'তোম্বীমচাগী মতেংদগী খুনশিনা ওজা পেনা শকপা হায়না মাবু খংনরিবনি।'

নোংজুথা য়োরে। তোম্বীমচা মতম চানা স্থুরদা তাউগনবা মপুরোয়বদা হায়জে,

—'লৌরোক পাম্বা ওইরে। লৌবুক কুমলশি।' লৌ-বুক্তা মপুরোইববু মথন্তা কৈদৌঙৈদা থাদোক্কে। পুন্না লৌরাং শুমিন্নে। লৈবেননা খল্লী, পূন্সি খোঙচৎশিদা মাগী নুপী তোম্বীমচা লাইরেম্বীনি।'

মমাংঙৈগী ইনা কুপ্লম্বা য়ুম অতু ঙসিদি লৈত্ৰে। পিক্লক তৌবা চেক্কী য়ুম অমনা মহুৎ শিল্লে। হিঙ্গো-লশিদা হৌরিবা উ, হৈকোল লৈকোল পূম্নমক তোম্বীমচাগী পূন্সিগী শাগোম্নতুনা লাক্লবা ঙাকনি। কুইরে তোম্বীম-চানা ফমুংদা হেক্ হিপখিঙৈদগী য়েংশিনখিদবা।

× × × ×

'ইমা!! ইমা!' কন্না কপখৎলকই মচানুপীনা। লৈরেন খংপ্রেক খংই, 'করিনো!!? তোম্বীমচা শিরব্রনে!? মসিবু থরায় য়াওদ্রবা হক্চাংলনে?'

থরায় য়াওদ্রবা তোম্বীমচাগী হকচাংতু হান্নগী ফিভমদগী থোইনা অহোংবা উদে। থাজদে, মুন্না য়েংই

লৈরেন

মাইবনা হায়রকই,- 'লৈরেন পাইরোসে, শুমাংদা পুথোক্লশি, কুইনা থম্বা হৌনদে।'

'কয়াদা কনখ্রবা থম্মোয়নো, মাগীসু নুংশিজবী ময়ুমগী মুপীগা লৈতবজাৎলা?' খল্লি লৈরেনগী মপুক্লিংদা। চিন্দি থোক্কে। লেংনিংদ, ভাংনিংদ খুম্লক্ই,

—'ওজা মাইবা মচা ময়াম মমাগী সেবা কংজরসনু। ঐদি য়াওররোই।'

মচানুপা মরী অদুনা অতোপ্পা মী অনিগা লোয়ননা মমাবু শাংনা পন্নগা শুমাংদা পুথোক্খরে। লৈরেন হায়কম খঙদে। কোঙদোক্কম খঙদে পুক্লিংগী অরাবা, থম্মোয়গী মৈচাক হেনগৎলক্ই, খাংকম খংলক্কে।

নোংমা লাকখি তোম্বীমচা য়ুমসিদা, দোলাই থক্তা তোং, বঝায়-বেঙ্গুন মাংদা থাদুনা। ভসিদি মহাক চংখ্র মৈকোই চকু মাংদা থা, কু মনুংদা য়াহিপ্তুনা।

লৈরেন য়ুমগী ফম্মেন্দা ফমদুনা পূন্নমক্না থোঙ্গাল রাংমা লান্না থোকখিবা অদু য়েংলি। য়েংনা য়েংনা মপুক্লিংদা খল্লকই, "করিগীনো 'অশিবা' নহাক্না অমুক মীনুংশি খংদ্রিবা?"

১৩।৭।৮৭ ইং
এম, ইউ,

# আশা

ভুমিদাং ন্নায়রমনি। লাপ্পা চাক্তারুবা উচেক-ন্নায়া পুম্বা মঙ্গম-তম্না পাইনরক্লে। অকংবা চকখোক্কী মরক্তা হানৌ থিকুব। কাওবেনশিংস্থু শঙ্গোন তম্না হন্নরক্লে। কোয়-লাসতু লোনবা য়াও চায়বা য়াও লোয়শিন্নবা কন্না লাক্করি। পুম্নমক্কী মওং-মতৌ য়েংনা য়েংনা তোম্বীস্থু তৌরি। ময়ামদগী চহি কল্লপ লৈরিবা তোলমুনা লাউরকই,

—'ইচাশা ইনাওশা, নখোয় লোয়শিন্নবা তৌরোহে। ঐ চাক্ থোংগৎলম্লগে।'

তোলমু ময়ামগী থুবানি, মবুক-মপাও কৈ, ফাগীস্থু হৈ। মীয়াম পুম্না শুমিন্নবনিনা নিংঙায় শংদানবমক্ য়াও-

অরবসু মরক মরক্তা মরৈগদি মতৌনরকই। রায়েল মপুনা খুরানি।

খুন অমগা অমগগী মবক্তা লৈবিবা শাংলবা লম্মীসিগী ময়ায়দা মতাই ওয়বপ লৌবুক্মকসু যৌদ্রিবগী মবক্তা লৈবিবা লঙ্কাংশিদা দম্মুব খন্দুনা মখোযগী লেক্কম্ চাক্কম্ শেম্মী।

তোলমু নুঙ্ অহুমনা শেম্লিবা লৈবংহুন্দা মৈ থাগৎ-খরে। থবক্ শুফম হোংবা খুদিংগী থাদোক্লদনা লোয়নবি-বা এলুমিনিয়মগী চফু-উয়ানশিংহু ফনা ষজনা কোপ্লে। লমদমশিদা কোয়লানা চাক্ থোংনবহু উবা ফংত্রবসু খুবা তোলমুহোয়গী কাঙবুদি অচোৎপা শীং অহুদা কোয়লাস হৈজিল্লগা থোং-থাকই। খুবা তোলমু ঈশৈগসু মবক মবক্তা ঙংলকই।

য়াচং মতুং ওইরবহুদদি মখোয় থবক্তু খুং থাবশি হায়-নবে। য়েনখোং অনিশুবদগী শুবকপা থবকনি। কালেন নুংশানে, কোযলাস লোনবগী মৈশানে পূম্নমক্ চোক্থনরে। থবক শুবগী খুৎশু-খুৎলাইশিংহু লোয়শিন্-লোয়শিন্না তোম্বনা হায়বকই,

—'ফিশিংহু মফম চানা থম্মু, ঐখোয়গীদি মহুনা মরুপনি।'

লৌবুক ময়াদা চেলুলীবা ঈশিং-খোং মচাহুদা চৎতুনা মমায় মমীৎ তাথোক্উরে, মশা-মউ শেংদোক্উরে। ময়া-মগী মতুং তোম্বীসু অহুম ইল্লি। তাঙ্গা খঙগনবা খুরা তোলমুনা চাক্কী পাউ তাক্লক্ই,

—'ইচাশা-ইনাওশা চাক্ থিরগে লাক্ও।' মকম্ খুদিং পুবদা মওঙ্ মরীন তাত্রবা এলুমিনিয়মগী পুখম্ তেক্কোৎশিংডু পুথোক্কুনা চাক্ থিরে। খুরাগী মনাক্তা ময়াম ইকোয় কোয়না ফম্লরে।

রানা শুরুরগা চাবশিদি ইত্থাওতা হাওই। নোং-ফুং ঙাম্লকপদগী লৌবুক্তা লাঙ্গোন্ পায়ডুনা লৌ খোয়রুরগা তল্লক্পদা মোরোক্ মেৎপগদস্থু চাক্লুক্ অচৌবা অমা চায় হায়নরিবনি। তুমিন্ তুমিন্ চানম্বদগী পুক্ থনবা য়াওনরমাল্লে। ঙাংগনবা মংলেমনা হান্না হৌরকই,

—'খুরাগী ঙসিগী য়েনশাংশিদি ঈশিংনা থাও ওইব-মানে। নহান লৈখিবা থাওডু মচি ইরেং লেংলমদৌবা মান্দেদা।'

ঙাংনীংবা তাঞ্জা থোক্লুরমানে, মবুক চাউবা তোম্বম্ন মতেং পাংলকই,

—'খুরা অম্লক্ রানা নোম্মীববু খরস্থু হাউনা চাথোক-শিদা, সৈত্য হয়েং থিকাদাব লাম্লবদি ঐ শরেং লৈগে।'

তাবদা ওইগনবা চাওতোম্বনা তপ্পা মোং-হাদনা হায়রকই,

—'তা তোম্বা ঐদি শরেংডু য়ুমদা পুন্না ফম্মিন্নরগা চারুবনা হাওগদৌবা মাল্লিদা।'

রাঙাংডুদা ময়াম নোক্লক্ই।

চাবা থক্পা লোইরবডুদদি মখোয় পোত্থানীংবগী ইন্থল কাওনরক্লে চায়খায়রিবা চরুশিং অত্থগী মথক্তা ফি থজন্দুনা হিপ্পা য়াও ফম্বা য়াও মহৈ মহৈ পোত্থানরি। মখোয়না

লেংথোক্ লেংশিন্ তৌবহুদা মোম্পাক্ ওইনা লৈজরিবা চক্লশিংহু পুবা ঙমদ্রমানে, মখোল থোক্লক্ই ।

. —ওস্তোক্লা তানীংখিন্ত্রেদা । কবিগীনো মানা অম্লুক গে-গা, গে-গা খোংলিবশিবু, থাঙ্গোল চানিংমানে ।’ শাওনা মংলেমনা হায়রকই ।

ঙবাংদা থবক্ শুবিবা তোম্বীদি ময়াম্না তৌনরিবা অহু য়েংবদমক তাবদমক ওইরি । ময়ামনা ’সিমা চাসি ’সিমা তৌশি হাযবহু মহাক্ হায়বা ইনবা অঙাংগুম অহুমক্ তৌই । মচা অমদা মাম্নু তুমিন্না হিপলি ।

তোম্বী খুবা তোলমু হোযগী অরাং থংবদগীনি । মাগী ইমু্-মনু্ মতৌ য়েংবা ঙমদহুনা খুবানা তৎতনা হোই

—‘তোম্বী থবক্ শুবা চংশি মহুনা মতেঙ্ থরদম্নু ওইবা য়াই ।’

কনাম্নু লৈত্রবা ইমুংহুদা তোম্বী মাগী নুপী অমম্নুং মচা অনিবু থাদোকপা ঙমদনা লৈবক্পনি লৈতবনা হেন-জিল্লক্লুনা নাঙ্গন পাযবক্লবা ’হুদদি লাইবক্ য়েংলুবগে হায়্ন-হুনা খুবাগী মতু্ ইল্লক্খিবনি ।

ময়াম পুল্লবশিদদি অমনা থর ঙাং অমনা থর ফাগী তৌ ইমুংগী লৈত-লাযদা অরাবা রাখল কয়াদো ঙারহা-ক্লদা ওইববম্নু কাউথোকলুই । অহুবু কয়া কুইগনি, ময়ামগী মতৌদা খজিক্লং মোমোম্নরুবা চীম্বাল থংনবা মীৎ-কুপ্পা ইফক-ফকচিন্নখি । লৈহৌবিবা মমা মচাগী রাখলদা মীৎ উইশিনবা য়াদে ।

তোম্বীগী নাকন্দা হিপ্লিবা চাওতোন তুম্বা য়াত্রমানে, পংলেংদা লেংই। অরেং খুদিংগী থোক্লক্পা চরু মোম্পাক্কী মখোলতুদা খুরা তোলমুনা মখা থংবা কাচিন্দুদগী ল্যাউরকই,

—'কৈদৌরে চাওতোন, তুম্বা য়াত্রবরা নঙবু?' ইকান কান্নদনা চাওতোননা ইংনা খুম্নক্ই,

—'খুরা মোম্পাক অমোনবদা অঙাং মমাগী মনাক্তা হিপ্তবকায়'তু কুয়রেদা।'

ময়ামশিংতু তুম্বা থেম্বা ওইনা হিপ্নরম্বনি। চাওতোনগী রাতাতুদা পুম্নমক্ রা লাওনা নোক্লক্ই। ময়ামগী খঙহৌদনা নোক্লকপা থাজদবগী মিনোক্তুদা তোম্বী হায়ক্কেৎ খংবগুম তৌই।

মংলেমনা অমুক্ ওক্লকই, —''তুগী ওইরে নঙনা চরুতুদা পংওন্দা ওল্লি'তুদি।'

তোলমুনা খোঞ্জেল কল্লপ হায়রক্ই,

—'চাওতোন নঙ্ থবক শুবা য়াওবা য়াদ্রে। হয়েংমক্ নয়ুমদা হল্লো। মচোংপাক্ নায়দবা শারদনা।'

—'করিগী?'

—'ময়ামগী মরক্তা লৈরগা নঙনা নথস্তগী রাখল খনবা য়াত্রা? নরোমদোম পাল্লগদি মপান্দা, থাবল মরক্তা ফল্লুবা য়াগনি।'

কাগী মানবা খুরা তোলমুগী রাশিংতু মচিন থৌই। ময়ামশিংতু মখা অমুক তানা কনাস্থু খুম্লকখিদ্রে।

তোম্বীসু ঙসাইমথৈ খল্লম্মীবনি ময়ুমগী রাখল, 'চিক্লবা

অহিংসিদা মাগী নুপীনা পীক্লব। মচা অনিহুগা 'নাইতোম তাবগী অরাবা থেংনবমগনি। অবৈ-লৈত তানক্ষম্ লৈহোদে, হায়জফম্ লৈত কয়া রানা লেল্লমগদৌবা।'

তোম্বী খুবা তোলমুগী রাঙাহু তাবদগী খঙহৌদনা মঙোন্দা থৌনা অমা লাক্পগুম তৌবকই। খল্লকই, —'নোং-মদি ঐস্থু মমা মচাবু হবাও তয়ামহনখিনি। মখোয়গীদমক্ পাঙ্গল লৈবিবমখৈ নোমখিনি শুখিনি।' থাজবগী থৌনা মবক্তা 'অনৌবা মঙাল' অমা লাকখিবগুম তৌই। লোংনা হিপ্লম্বদগী চেপখিহুনা তুম্বা থেম্বা লাক্লৈ। ময়ামস্থু ঙম্মা তুমথনগ্রমানে। পূম্নমক্ তিনখি অচিকপদা।

১৯৮৮ ইং

উরীপোক

## অয়ুকী নোংহোরা

নুংথিল চুপ্পা শাখিবা নুংশাতুগী খল্লুরবদি নুমিদাং অস্সুম্না ঈংলনি হায়বসে থজরুদবনি। হায়নরিবনি লাংবনগী নুংশা, অছুবু পানখৎলক্‌পা থাজগী মেঙ্‌লবা থাবলসিদদি ঙসায়দা লাংখিবা মৈশাদু কাওখিবগুম তোরে।

থাবলগী তাংথক্‌ নাইত্রবা ঈপোমনা হাংদোকলিবা মীছুৎথোঙ্‌দা লিংশিল্লক্কুনা তুমলিবা মচাগী মনাক্তা ফম্‌লিবী থোইবীগী মায়থোঙদা য়েররি। ঈংলবা থাবলগী ঈপোমসে মহাক্কী মফমদদি করম্বা মৈশা, মীৎলু অনিদা অরৎপা লৈতনা পিরাং শিন্থরী। ইশি - শিনা তুমজরিবা মচাগী তনৌরবা মায়থোঙবু য়েংলগা থোইবীনা খল্লী — 'হয়েং

নোং হেক ঙানবগা ইপামদা চৎখ্রগে।' মসিদা নত্তে, রাখলগী নোংলৈ চাম্ম-চাম্মনি থোইবীগী কোক্তা অকন্ৱা শাফুগা লোয়নলা য়েবিবা। কয়াবক্ হন্না খনগ্রবনি,

'মপুবোইবগী মনাক্তা লৈবনদি কবিমত্তা পাঙথোকপা ঙম্লবোই, মপ মদা চৎলগে।'

খন্জবতনি, মচা অসিমা যাওববনিনা অরোইবা রাবেপ অমা ইতামক্ তাবা ঙম্লক্তি।

ফকৎলংগী ঘড়ীনা তরামাথোই য়েখবে। মতুফাও মপুবোইবা হন্নক্তি। হৈনবী অমা ওইববনিনা খেঙনা হন্নক্পা হন্নক্তবা অত্নক্ য়াম্না নাচুংলুনিংঙাইদি ওইদ্রে। লাংতক্ষবিবদি 'হল্লক্লগা কেদৌবগবা' মসিখক্তনি।

নুপী ওইবী কনানা মপুবোইবগী মঙালদা লৈজনিংদবা যাওবগে? থোইবীনা পামজবস্নু মসিনি, মবাইবক্লা তাইযোম্নখিবগী রাতনি। নোমতা ঙন্না হনজিল্লক্তে, খেঙবা হৌনখৈ খেড্লকই। মতুস্নু য়ু পুমখৈ থকচিল্লগা মরোল মবি তাদ্রবা কান্দনি। থোইবীনা মপুবোইবা হনজিল্লক্পদা হবাওজবা ঙমদ্রে। যৌবকপগা থোঙ কাওখায়রক্তনি, অফ-অফবা পোৎচৈ থুগায়বক্তনি। খবদং অখিংবা পীরুবগনা অকাম্-অচোইগী রাহে কয়া, মসিনস্নু লোইবা নত্তে, মখুৎ হন্জবা ঙম্ববোইদবী নুপীগী মফমদা অকন্বা চৈচু কয়া কযা। পেন্দবা কয়ানা চৈথেং শীবিরবী থোইবীগী পুন্সিদা অমুক্ ফংলবোই খল্লবা নুপা-নুপী অনিগী নুংশিনবা হায়বদো কল্লকউবা ঙমদ্রে।

থোইবী খাঙবা হৌনমখৈ খাঙবনি। মপুরোইবগী

মীওং – মীনৈ কয়া। লোম্বোক্তবগুম নোংমতা ৱাকৎলুবস্সু তৌত্রবনি। ৱাকৎপগী কান্নকম লৈখিদবস্সু কুইরে। ঙসিদি থোইবীগী খাঙ্‌হৈবগী পাঙ্গল অতু লোইথ্রমাললে। মপুক্লিংদা অরোইবা ৱারেপ লৌরকই,

'নোংসিনা হেক্‌ ঙানবগা চৎথ্রগে। মাস্সু মানা থোকপা ঐস্সু ঐনা থোকপা তৌনবা তারে। ইচাসে মমা ঐগীদি থরায়নি। অতুমক্‌পু পুররোই, অঙাংগী নিংঙাই খঙহৌরসনু।'

তৌবগীদি পেন্দবা থম্মোয়গী ৱাকৎ পুম্বা পাউদমক্‌ম্‌ ওইরিবা মঙোন্দা পাউদমজবা য়াত্রবদা করম্বা নুপীনা লৈতানা লৈবা ঙমগনি। থোইবী মপুক্লিংদা মপুরোইববু হায়কম খঙদনা ৱারৌই। পিনা থুমহৎলবা মমীৎতুনা তনৌরবা মচাগী মায়থোংদা মুন্না য়েংই। নোংমতং ঙক্কা হনজিল্লক্কুনা মপা মচাগী হরাও মীনোক্‌ উজবা কংখিত্রবী থোইবীনি। নিংঙাইদনা তুমজবিবা মচাগী মায়থোংদা তপ্পা চুপ্পী। হঙ্গৎলক্‌পদা কনুংগী লুথুম ওইরপ থারিবা ড্রেসিং টেবল মথক্তা খিল্লিবা নোকমি নোকমি তৌবা মখোয় অনিনা লুহোংদ্রিঙৈদা নমমিন্নখিবা ফোটোতু উরুই। ফোটোতুনা হৌথ্রবা পুন্সিবু অমুক্‌ পুরক্লে।

× × × ×

— 'থোইবী ঙসিদগী নঙোন্দা ঐগী পুন্সি ঐগী ইমুং-মনুং পুন্নমক শিন্নরবনি।'

— 'ঐস্সু পুন্নমক পীথোক্লগে থম্না লাক্লবনি।'

ঙসিগুম থাবল ফরবা মেরা থাগী নুমিৎ অমদনি, থোইবীনা বিমোলগী ময়ুমদা লাকখিবতু।

থোইবী য়াম্মমক্ ইনাক্ থুনবা ইমুং নত্রবস্থ লৈবাক্ মচা তাবা ইমুংগী নিংঙোলনি। মহৈ মশিংদা মাগী অরাংপা সৈতে। লম হেল্লি ঙাওশিন্নৈ খঙ্না খঙ্না বিমোলবু মানা নুংশিখি। মশানা লাইরিক লাইশু হৈজরবস্থ মপুরোইবনা য়াদবনা নোংমতা মপাল থোক্কে। মাগী পেন্নবা সেবা তৌই। মচা অসিমা পোক্লবা মতুংদনি বিমোলগী মরমচৎতা খঙহৌদনা অহোংবা লাকখিবছ।

× × × ×

—'থোঙ হাংদোকও, তারিব্রা?'

রাখলনা লাকহৎলিঙৈ তাহৌদে।

—'হায় তারিব্রা? থোইবী, নঙবু তুম্মব্রা?'

অকোনবগী খোঞ্জেলছদা ভাব তারকই, ইপা পাখৎনা ফুক হৌগৎলগা,

—'লাকচরে, লাকচরে।' থোঙ হাংদোকই,

—'হেমা!' থোইবী ইঙক্ ওক্লা য়েংহুনা লে।'

—'কৈদৌরে, অছুক্ মুন্না য়েংলিবদি?'

পাউথুম পীরুদে, অতুম্মক য়েংলি মপুরোইবদা য়েংনা য়েংনা মীমত্তগী মপী শিন্থরকই।

—'কৈনো তৌরিসিবো, হা কৈদৌরগে হায়বা? লাই ওক্লদৌনা তুমিন্না উংঙিসিবো।'

—'পুন্সিসে অঙকপনা থল্লিকো?'

—'অঙকপা নত্তেনে, তাইবঙগী লীচৎনি।

—'অদু ওইরবদি হৌখিবশিংদুস্থ তাইবঙগী হৌনশারো।'

—'নঙ করি করিনো পঙখন্দা খল্লমাল্লে? ওন্নবা

ফনা কন্না হোৎনবনি, থবকশিনা মফাং মফাং হেক্তা থেংদোকখিবা।'

থোইবী মপুরোইবগী ৱাহৈশিংসে মঙ্ গুম থোক্লে। কুইরে, অস্থুম্মা চিক্‌খোন-নাওখোনবগী মওং-মতৌ উরক্তবা। চেখাউ অমা শেগায়রগা হায়রকই,

—'নঙগীস্থু ফি অমা য়াওরক্‌পনি।'

লোয়ননা ফিতু তিংথোক্লগা থোইবীদা ইনশিনবীরকই। থোইবী ৱা লান অমত্তা ঙাংদে। তুমিন্না অদুম লৈ। থো-ইবীগী মমায়দু তপ্পা থাঙ্গৎপিরগা নুংশিনা হায়রকই,

—'থোইবী নঙোন্দগী হেনবা ঐগী কনাস্থু লৈতে, মতম পুম্বদা নহাক্ ঐগীনি।'

থোইবী নৌরিবা অঙাংগুম হিক-হিক কপ্লকই। মতৌ-তুদা ৱাকৎ কয়া লোয়নরি হায়বসে মপুরোইবস্থু খঙডি। মথানুংদা নুংশিনা কোনশিনবীখি ৱাজববীতুবু। থোইবী মপুরোইবগী মথানুংদা মায়থোং লোংনা-লোংনা খনজরকই, ঙসিগীসিবু 'অয়ুক্কী নোংহৌৱা'?

১।৯।৮৮ ইং
উরীপোক

## ৱামৈ

নুমিৎ তাথখিবতা মঙাযবি। চীংথুগী হেক্ থেক্‌চিন্‌বা মপান্থমক্তনি, গাড়ী মচা অনিথুনা থেংগাযনখিবথু। মখোলথু তা'বদা চীংযা নপ্পা শাবম্বা থুকান অমা'নিথুদগী মী খর চেন্থোক্লুরকই। গাড়ীথু লোকখাদা ওম্থবম্লে। লম্বীগী নাক-ন্দনা মী অহুম মমায উপশিল্লগা তাথুনা লৈবম্মী। অমদি ঈ যাম্না থোকপা উই। লাইয়েংশঙম্থু লাপখিবনা তৌফম খঙদনা লৈ।

ঙায়হাক লৈবগা জিপ অমা হায়গৎলকই। জিপতা তোংলিবশিং অথুনা মী পুনবথু উই। পুল্লিবা মীয়ামগী মবক্তগী অমনা মখুৎ থাংগত্থুনা জিপথু থামলুই। তোংলিবা

ওফিসারহুনা ড্রাইভরদুদা হায়রকই,

—"জিপ্তু, খামগনু, মতম ফস্তবশিদা।"

ড্রাইভরহুনা তপ্না হায়রকই,

—"সাহেব অশোকপশিং অসি লাইয়েংশঙ্ ফাওবদং থিনবীরম্লবদি ফগদবনি।

—"য়াদে, য়াদে, মহু তৌরুবদা মফম-মরাং খঙ্দনা কেশতা হেক্তা চেন্নগদৌরিবনি।"

জিপ্তু খামলম্দনা অতুম্মক থৌখরে। লৈহৌরিবা মীয়ামশিংহু জিপ্তুগী মতৌহুদা পেন্নদনা লাউ খোংহুনা লৈহৌই।

ওফিসারহু ময়ুম য়ৌরহুনা মমায়-মমিৎ তাথোক্লে। চাকশংদা চংলে। চাক্ চানা চানা মাগী নুপীদা হায়রকই,

—"নহারোলগা সিফাইগা খুৎ থোক্লখিবরা খঙ্দে। নহা অহুম উপ্না তাহুনা লৈহৌই। ড্রাইভরনদি হোসপিতালদা পুবিগ্রশি হায়বনি। অহুদা চেন্নরক্কদবা ময়াম অহুগী হেক্ খল্লুবদা ঐনা য়াদহুনা লাক্লবনি।"

—"কোক পুবিরক্লগা হোসপিতালদা থম্বিরম্বস্থ য়াবহুবু। কয়া কুইনি হায়বগে?"

—"হেরা অহুগীবুদি ননাক্তা ঙস্তা য়ৌরকপশিনা ফত্রনে?"

মাগী নুপীহু অশেম্বা মীনোক্ অমতং মাইথোংহুদা তারকই।

তাঙ্গাসিদা কোলিং বেল খিংলকই। নুপীহুনা হৌগৎতুনা থোঙ্ হাংদোকই। ময়ুমলোমগী মবুঙ ডাক্তরহু ওইরম্মী।

—"তাচৌ কৈদোবা য়াওরে, অস্মুক থেংলবশিদা?"

—"নখোয় ইবুংঙোচৌবা গাড়ী থেঙ্গাইনবনি হায়, য়াম্না অরুবা ফিভমদা লৈহোরে, হৌজিক ফাওবা জ্ঞান তাহৌদ্রি।

খজিক্তং মাংজোননা পুরক্লম্লবদি ফগদবনি। ঈস্থ কা হেন্না থোকখ্রমাল্লে। ফগ়ে ঐস্থ য়ৌখ্রগে। টেলিফোনস্থ য়ারমদ্রে পাউশি হায়রমগে লাকপনি। য়ারিবমখৈ নখোয় থুনা লাক্লবা তৌরোকো।"

মবুঙ ডাক্তরতু ফিংনা থোকখি। চাকশংদা চাক, চারিবা ওফিসারতুগী হুক্কে থাঙ্গৎলুবা চাক চখোমতু খংতা তাখি।

ফেব্রুরারী ১৯৯২ ইং

উরীপোক

## ঙাইবা

সহরদগী থাপ্পা লৈবা খুঙ্গং অমনি। অম্তুক্কী মতিক্ মোৎতাইনরবী মতৌনি। হৌরিবা উ-রা পুম্বা উফুলনা ইরাও-রাওরে। ইকং থোকখিবনা অয়াম্বা লৌশ্নু শিংলে। রানা হোৎনজহুনা মমীংদগী ওইনা লোকপা খরহুনসু লৌ-পুগী লৌশাল তম্বা ফাওবা কোম্নদ্রে। লৌরোক থা হেক লোইখিবদগী খুনজা অপুম্বা রাবনা ফর ফর হায়নরে।

খুনগী মীশিংহু করি তৌশিগে খম্নে। খন্নবা য়াবা খন্নরবা মতুংদা লৈবাক্কী অঙম অথৌদগী লৌবা য়াবা মতেং খর লৌনবা লেপ্পরে। নহারোল খরনা মায়পুননা চেন্দুনা খুনজাশিংনা মায়োক্নরিবা অরা-অনা অপুম্বা মরীক চুম্না ইরগী পীবা য়াবা মতেং খর পীবিনবা হায়হুনা চে থারে।

ফনা কুইরে চে থাখিবা, অহুবু হোয় – মায় হায়বগী রারোল অমফাওবদি লাক্লি। কুইনা ঙাইরক্লবা খুনজাশিংগী ঙায়বগী পনখৈ লাম্থোরক্লুনা নহারোল খর খোয়শাওননা চৎলুই, অঙম্বগী লোয়শঙদা থাজবা পিরকই, "হয়েংদি শোয়দনা য়ৌহল্লক্লগে।"

ঙসিদি খুনজা অপুম্বা মথুম-মরাং হৌই। ঙম্না য়াহৌ ঙম্নে। নুপী-অঙাংশিং ইমুং-মনুংগী থবক লোয়শিন্নবা লাক্লে। নুপীশিংদু অঙম-অঙম্বা মতেং পাংই।

অরাংগী পুখ্রিদা ইরুজরিবা ইনে থরোনা লাউরকই, —"চাউবা নমাদু মশা ঙদ্রবসু ঙায়হাক্তি মচৎলুশি হাইয়ু, মানা ফংলক্কদৌবিবদু খিৎকী নত্তে, ইমুংগী মতেং ওইনগদৌরিনি।

মখারোমগী চায়াম পোকপী পিশক্লুসু মচাশিংবু থবক থুনা লোয়শিন্নবা লাউ খোংদুনা ঙাংলি, —"ঙন্না কোক্ হেক্ লাক্লবদি ঐখোয়বু করিমত্তা ফংহৌরবোইনে। নখোয়বু থবক-শিংসি খর পাংশিনলরো লাওনে।"

য়ুমগী থৌ য়াংদ্রবা অহল ওইবশিংনা ঙন্তা ঙন্তা চৎতুনা খুনগী লম্পাক্তা ফম্বা হৌখরে। নুপী অঙাংশিংসু তিল্লরে। খুনজাশিং শাগ্রবা নুংশাগী মৈশাশি খাঙহুনা লেপ্লি। মৈশা-সিবু কাউথোক্লুনা মখোয়গী মমীৎশিংনা য়েংলিবদি 'মখোয়গী মরক্তা ত্রক্ গাড়ী অদুনা থৌজিল্লক্পতুনি।

নুমিৎ চায়থরক্লে, ঙাইরিবা ত্রক্ গাড়ীদুদি য়ৌরক্লি। পুন্নমক্ রাবনা মশা'পুম্বা চোকথনরে। মতমশিদা জীপ অমা লম্পাক্দা কল্লপ থৌজিল্লকই, মতুংদা সিফায়গী গাড়ী য়াওরক্লি। চোকথরবা খুনজাশিংগী মমাঙদা ব্রেক খংফা ফাদুনা চপ লেপলে।

খুনজা পুন্নমক্ হরাওবনা মথুম মরাং হৌই। খঙহৌদনা ঙাইবগী অরাবদু মাঙখিবগুম তৌনৈ। তুং থংবা গাড়ীদগী নোংমৈ পায়বশিং অদু হান্না চোংথরকই, অদুগা জীপ অদুবু কোয়শিন্দুনা থন্নবা মতুংদা গাড়ী মনুংদগী মশা নানবা নুপা অমা চিং-লেন্না কুমথরক্লগা হায়রকই,

—"ঙসিদি খুনজাশিং রারোবিরনু। মক্ষমশিদা পুরক্কদ-বশিংদু ঐখোয়গী অঙম-অথৌশিংগীদা থাদবা য়াদদুনা থাখ্রে। 'সোমদা পুরক্লবা থৌরাং পুন্নমক্ লোইরুরবনি। লাইবক্ থীবা হায়দুনি। ফরে ঙাইবগী ঙাইবা খরদংগা ঙাইবীরো। হাপ্তামুক্কী মনুংদদি য়ৌরকপসু ময়াই।"

ঙাঙলিবদু হেক লোয়বগা গাড়ীদা থুরপ কাখৎখি, সিফায়-শিংদুসু কাখৎখ্রে। কনাসু মখা তানা রাহং অমত্তসু হংবা নংহৌদে। গাড়ী অনিদু য়াম্না থুনা থৌদোকখ্রে। মনিং থংবা মায়কৈদা অমুবা নোংনা তাথরক্লিবা নুমিৎপু কন্না উমশিনবা লাক্লরি।

জুন ১৯৯১ ইং
উরীপোক

## উচিদা অম্‌ক

কলকতা সহর মতম পূন্নমক্তা রাউথাংনবা ফিজোলতমক শেৎ-ইল্লি। মী কুংলবা সহরসিদা চেল্লিবা ইঞ্জিন পান্দবা গাড়ীশিং অমস্তুং ফেক্তরীদগী থোকলকপা খুৎশেমগী লৈচিল্লনা নুমিৎ-কী মঙালবু খুমজিন্নবা ইতং-তংতনা হোৎনৈ। লৌরীবা তুংশিংকী তাম্থা, তশেং-তশেংবা নুংশাগী মঙাল কদায়দবু লোৎপ্রবা।

রেল-রে ষ্টেসনগী ময়া ওভরব্রিজগী মথাদা ময়ুম-মকৈ লৈজদ্রবা কয়াগী শায়দাংকমনি। মফম অত্তুদা হুন্দোরকপা অমোৎ-অকায় পোৎশিংগী পুমথরকপগী মনমনা মখোয়বু তাম্থোকপা ঙমদে। মখোয়গীদমক্ মীয়ামগী মীতুংশি লৈতে,

হঙ্গোয় মীৎয়েংতনি ষংলিবা। 'সিগুম্বা মফমসিদা চাওরকখি বৃন্দা।

বৃন্দা চহি তরাহুমদোই তরামরীমুক্কী ঙকয়া ওইরবী, য়াম্নমক্ খোইদোক্ হেন্দোক্লুবস্লু মুনবং তৌনা রাশী লৈজবীনি। ওভরব্রিজগী মখাদা লৈমিন্নরীবা ময়ামগী মরক্তা মাগী হায়ববু মমা অশোনবীসি নত্তনা কনাস্নু য়াওদে। মমানা কল্লিঙৈদদি মচানুপীবু মপান থোকহল্লমদে। হৌজিক্তি শোল্লক্লবনিনা বৃন্দানা মমাগী মহুৎ শিন্দুন মপান থোক্লম্মী। ফংলকপা খর অত্থনা মমা মচাগী চারা নোংখল্লরম্মী।

বৃন্দানা মপান থোরা ভিক্ষানিবা চৎপশি মখোয়গী মনাক্তা লৈরিবা কনা লৈজব্রবা হীরানদি মপুব্লিংদা শুংঙায়বমদে। নোংমা বৃন্দানা চৎলমদাইদা চঙ্লক্লগ হায়,

—'বৃন্দা চৎথোক্কনু, সহবাস মী ফত্তবা য়ম্না লৈবনি, ঐগীদি কনাস্নু লৈতে, ঙব্লিবমখৈ নখোয়গী নাতং পাংগে।'

হীরাগী থম্মোয়দা করি খল্লিবগে হায়বা বৃন্দানা নোংমতস্নু খল্লুদে। মহাক্না নোংমগী নিরুবদা ফংলকপা খব অত্থনা মমা-মচাগী শরুক তম্মী। মরকশিদা বৃন্দাগী মমা নাশিল্লকই। বৃন্দা হীরাবু খঙহন্দনা পৈশা নিবা চৎলী।

নোংমদি বৃন্দা দুকান অচৌবা অমগী মমাংদা পৈরিবা অমোৎ-অকায়শিং অত্থু খোত্তুনা করি কবিনো থীরী। মখুত্তস্নু এলুমিনিয়মগী তেংকোৎ অমা পায়দুনা অবাকপা মীদগী পৈশা নিবস্নু লাক্নরী। বৃন্দাবু উরুবদা দুকান ফম্লিবা মোহোন মমীৎ-মনা থকলকই, মীৎকম হোংদনা য়েংলকই, পায়দিবা চুরুপ্তুনা মথুক্তা মৈশা পীরক্লবা মতমত্তুদা জ্ঞান তারকই।

পৈশা মঙা, তবা চৎপীশিং অহুগী মরক্তা লুপা কুন চৎপী অমা তারকপহু উবদা বৃন্দা কৌতা পায়রিবা মখুৎতু খঙলুম লুমথবকপগুম তৌরকই। ইখং খংনা হঙ্গৎনা য়েংখৎলকই মনাক্তা খোরাংবা মীৎয়েংদা মোহোন লেপ্তুনা লৈরম্মী। বৃন্দানা হায়রকই,

—'থৌজাল হৈবা ইবুংঙো, ঈশ্বরনা নঙবু মতম পুম্বদা চানবিসনু।'

—'অঙম্বা মতেং পাংবনি, তোয়না হেক হেক লাকউ।' মতুংদদি বৃন্দা মোহোনগী তুকান্দা হেক হেক লাকই। অরা-কপা খুদিংগী লুপা তরা নম্রগা কুন পী। বৃন্দানা খল্লি,

'মহাকশি য়াম্না কৈ, ইমা ইচাবু মহাক্না কয়াদা থৌজালগী মতেং পাংবিবিবনো।'

তোয়না উনববনিন নক্শিন্নবা হেল্লকই। বৃন্দা, নোল্লুক্না চৎলম্বা মোহোন্দা ঙাংব-শকপদা অপনবা অকিবা লৈরক্তুরে। তুকান্দগী অপাম্বা পোৎ খল্লগা পুখিনি। বৃন্দানা তৌবিবশিং অহু মোহোন চুরুপ থক্লা থক্লা মুন্না য়েংই। বৃন্দাগী হায়ববু মোহোনগী তুকান্দা নুংতিগী লাকপশিনা নুমিৎ চুপ্পগী ভিক্ষা নিবগী অরাবভুমদি কোক্লে হায়বশিতনি খঙলিবা। বৃন্দাদি অপংবীনি।

............ নুমিৎ খরনিশি বোড়া শেগাইবা মরক্তা বৃন্দা'মাগী লাইহৌ তোয়শিল্লকই। হীরা ফমশেন্নবা য়াওরকই অয়ুক-নুংথিল বৃন্দা উদবশি হীরা মথরায় নুংঙায়তে। হনজিল্লক্-পদা চান-থক্লবসু য়াওরক্তে। বৃন্দাদি মশাদা অহোংবা লাক-পদগী মোহোন থীবা চৎপনি। ওভরব্রিজগী মখাদা চাওরকপী

রেলরে ষ্টেসনদা মবুক থল্লকপী মানা মী কুংলবা সহরসিদা করম্না কেকু কোঙগদৌবিরা ?

নুমিৎচুপ্পা চৎলুরগা হল্লকপা মতমশিদা ঙসিদি মমানা মাবু ঙাইরমদরে। পুন্নমক্না মহাক হল্লকপদবু ঙায়রম্মী মমা'শিতনা মহাক হিংলিবনি। নুংগী মুত্তিগুম লেপ্পী। মশাদু তোল-হাইনরকই। মমীৎ তন্দন পায়রকই। জ্ঞান মাঙদুনা লৈ-মায়দা হায়থরকই। ক্ষীভমদু হীরানা উরকই, চেনশিন্দুনা বৃন্দাবু কোনখৎলি। মমায় মমীৎ ঈশিং চাইদুনা লাক্করবা মতুংদা জ্ঞান লাক্লে। হঙ্গৎনা য়েংলকই, মরাল রাজরবা মী অমগুম। হীরাগী তম্পাক্তা মমায় লোৎশিন্দুনা তুশোন্নরবী বৃন্দা হিক্লা হিক্লা কপলক্ই। হীরানা হায়রকই, "বৃন্দা ঐখোয়দি ঐখোয়তগা লৈমীরগদবনি হায়বসে নঙ্না করিগী কাওরুবগে ?" লোয়ননা চোয়জাইননা তারীবা মশমদু হায়-গৎপিরম্মী অতুগা মরাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পিরম্মী।

মে ১৯৯২ ইং

উরীপোক

## খেন্নবা

—'রিক্মো, ভাবা কয়া লৌনি ?'

—'তরেৎ ।'

—'য়াম্মনখবে মরী লৌ ।'

—'করিনো হায়রিবত্তুবো, রিক্মো থৌই হায়তুনা উশিং-ত্রিবরা ? উশিতবগদি য়ারোই ।'

মাগী ৱাহৈশিংতু তাবদা ইওক্ ওকই । ঐনা খুম্মুই,

—'মত্তুদি নঙ অমদি নঙগী ইমুং-মনুংবু থাক্লিবা শিনফম অত্তু নশানা হন্থনা লৌজবগী ৱানি ।

—'ঐখোয়দি লৌদে । নখোয়না ঐখোয়বু উশিংতবগী ৱানি ।'

—'অত্থু ওইরগা কিলোমিটর অমদা কয়া থোকই হায়রকউদনা। অরাং বি,ও,সি,দগীনা রাজভবনগী গেট ফাও-বশিদা লুপা তরেৎ লৌবত্থুদি য়াম্মনখ্রে হায়বনি।'

—'কিলোমিটর'গকা খণ্ডে। তরেৎ পীয়ু হায়বনি।'

—'কিলোমিটর অমদা কয়া লৌক্ষম থোকপগে হায়বত্থু নঙনা হেন্না খণ্ডলমগনি। ঐখোয়না পিরিবসিদি নখোয়দা থৌজালগী মীৎয়েংদা পীবনি।' ঐগা চৎমিন্নরিবা ইমান্নবী অত্থুনা কল্লপ হায়রকই।

মানা খর ঙম ঐখোয়না খর য়াদ তৌত্থুনা লুপা মঙাদি লৌখরে।

রিক্সোত্থু চৎখরে। রাজভবনগী গেটতু চঙ্না চঙ্না রিক্সোয়ালাত্থুগী মতৌত্থুদা ঐগী মরুপ অমখক্ নীংশিঙলক্ই, মতম পুম্বদা মশাবু হন্থনা খনজবতনা মরুপ – মপিজাশিংদগী লাপথোক্লা হেক্ হেক্ চেনখিগে তৌবত্থু,

—'মরুপ, ঐ হিংবা য়াম্না রারে। মী মরক্তা লৈবসি লৈনিংলক্করে।'

—'পুন্সিবু অত্থুন্না হন্থনা খনগনু, মাইয়োক্নবা তম্মু।'

—'মাইয়োক্নবা রারক্লে।'

—'করিগীনো রাখল অত্থুক পীকথরিবা?'

—'মরুপ নঙনা ঐবু হেক্ হেক্ থৌনা হাপ্লীখি। ঐ খণ্ড্ই, নঙোন্দা ঐগী অরা-নুংঙাইগী পাউদমক্ষম্ ওইরি।'

—'অত্থুনবু মরুপ হায়রিবনি।'

—'ঐনা তৎতনা লাকপশি নঙোন্দদি য়েৎলবনি, অত্থুবু ঐগী পোৎথাক্ষমদি ওইরি।'

—'অহুনবু হায়রিবনি থৌনা হনগনু ।'

—'নহাক্নদি থৌনা ফৌ হায়রিবা, য়ুমদা ফংই লৈক্ম খঙ্দে, ওফিসতা ফংই তৌক্ম খঙ্দে । ঐনা তৌরিবসিদি কোলিং বেলনা খিংলকপা ঙাইহুনা মপান্দা ফম্বনি । ইশা এম এ.নি হায়ববু কনানা খঙবিবগে ? ঐগী শিনফমশিনা মীনা ঐবু উশিংতে ।'

—'ব্রাফমহু য়ানিংদে, নঙোন্দা কনানা থবক্ অপিকপা তৌই তিন্নবিরোই হায়বা য়াওখ্রবগে ?'

—'করিগী য়ানিংদ্রিবা ?'

—'শিনফমনা মীগী অনেম-অরাং খায়ব্রা ? মহুদি নশানা পুকচেল পিকপগী ব্রানি ।'

—'ঐদি পিক্তে । পিকলিবদি ঐগী অরৈ-লৈত খঙবা মীনা খুদোংচাবা হেক্ হেক্ লৌগে হোংনরিবশিংহুনি ।'

—'অহুনরা নঙনা লৈখা তাবগী লমচৎতা নমায় লৈশিল্লকইবহুদি ?'

—'পংউ উবা ওইরিনি । ঐ করিস্থু তৌদে ।'

— অহুদি নঙস্থু পঙ্খন খনবা ওইরিনি ।'

—'খল্লে হৌজিক্তি । নাক-য়েৎ, মরী-মতা, মরুপ-মপাং সমাজ পূন্নমক্ উদবা খন্দবনা ফরে । ইশাবু ইনিং তমহনজরগে ।'

—'মনিং থংবা অসিদা স্মৃতি অমা লৈ হায় য়েংলুসি ।' খুনিংনা থিল্লক্লগা হায়রকই চৎমিন্নরিবী ইমান্নবীহুনা ।

খঙপ্রেক্ খঙনা হায়দোকখি, —'লৈ য়েংগে লাক্লগা লৈ অমত্তস্থু শাৎপা উদে ।'

—'ঙাওরেদনা নঙদি । চঙলক্পদা শাৎহৌরিবা লৈ

ময়ামদু অমত্তসু উরক্রুবরা ?'

ঐহাক্ মখা তারুদ্রে। ঐগী লক্ষেরুরবা রাখলদু তম্নুদ্রে।

স্মৃতিগী চঙ্ক্ম গেট মচাতুগী মনাক মক্তদা চিংথ্রাউ পাম্বীনা অরাকপশিংবু ওকুম্মী। মনিংতম্না হৌরিবা নাপীশিংতুগী মরক্তা স্মৃতিগী নুঙশিং অতুনা কেকুলোৎপী শাম্নরম্মী। সমুদ্র ইরমঁ তরেৎ লান্দুনা লাক্লগা য়াতারিবা মখোয়গী রারী মোংকমদা খিল্লিবা নুঙশিং অতুনা লীরি। মখোয়দা ইকোকশি হায়ফেৎতং নোল্লম্মী।

মকমতুদা ঙায়হাক্ য়েংলম্লগা অরাং থংবা মায়কৈরোমদা লাক্লে। মফমতুদা চহি কয়া পূন্সিরবা পামেলশিংগী মকাদা শমজিরৈ, মেলৈ উরৈ কয়াশিংনা শায়দাংতুনা অমগা অমগা নুংশিননা লৈমিন্নরম্মী। চোকথরক্লতুনা ঙায়হাক পোত্থাশি হায়তুনা উজাও অমগী মখোংদা ফমথরে।

হেক ফমথবগা মফমতুদা গার্ড তারম্বা সিফাই অমনা ঐখোয় অনিগী ইনাক্তা চংশিল্লকই। চহিগসু ইনৌ নৌনা উই। কুন্নিথোই কুনহুমদোয়দগী ইহেন হেল্লমখিরোই। হঙলকই,

—'ঘুমনে লাকপরা ?'

—'হাঁ, ঐখোয় কোয়বা লাকপনি।'

—'করি করি তৌরে।'

—'ঐনা ওফিসরালা, মানা মাষ্টরজি।' ইমান্নবীতুনা খুম্নকই।

—'নওদি করি লমদগীনো ?' ঐনা হঙলুই।

—'ইউ, পি। ইউ, পি জায়েগা ?'

—'অং' আগ্রা চৎলুরে। ক্লাসতি স্তেন্দর কয়াফাওবা তল্লে ?

—'স্তেন্দর নাইন। শাধি তৌরব্রা ?'

—'তৌদ্রি, তল্লে শাধি তৌবা। দহেজ লৈতে।'

—'দহেজ, ঐদি দহেজ পামদে। মী পাম্মী।'

—'হা! করি হায়বা ?' ঐখোয় থরায় তাবমথৈ নোকই। মখা তানা ঐনা অমুক হঙ্লুই,

—'নঙগী তংখাতুনবু লুহোংলগা রারোইদ্রা ?'

—'রারোই, মাতাজীদস্থু থাই, সেভিংস্থু তৌই। মাবুস্থু নুংঙায়হন্নিদা।

—'ফরে ফরে, অত্থুদি ঐখোয় চৎলগে।'

—'হয়েং লাক্লোইদ্রা ? ঐ ঙায়রমগে।'

—'হোয়, লাক্কে।' পাউখুমশি মহাক পেল্লমগদ্রা খঙদে। ঐখোয় অনি থোরক্লে। মী কয়া লৈ য়েংবা লাকহৌরি, কয়া অমা থোকখ্রি। চৎনা চৎনা পূক্লিংশিদা খল্লকই, 'গার্ড-তুনা মাগী শিনফমত্থু কয়াদা থাজরিবা। মণিপুর রাংমদগী লাক্লগা মানা মাগী পিল্লবা শিনফমত্থুদা আশা কয়া তৌরি। মমা-মপা অত্থুতস্থু নৎতনা মাগী ওইগদৌরিবী চান্নবী অত্থু-বুস্থু নুংঙায়হনগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা কয়া থমলি।' থম্মোয়শিনা মাবু থাগৎলী।

এপ্রিল ১৯৯২ ইং

উরীপোক

# লৈই অনি

কুইদ্রে মাগী লুহোংবা, মশা মশা য়ানহুনা হায়ন-শিংনবনি। করিবুদি হায়রুনি মনুং-মতম চারবী, লাইরিক-লাইশু হৈহুনা মতিক্ চারবী মচানুপীশিগী অপাম্বদা। লুরিবদি মমা-মপা অনিসিনা মশক উন্নবা য়াদ্রিবশিনি।

মমাদি 'লৈপাক্লে' নি। মচিন-মনাও অনিবু মমানা অরাবা খণ্ডহন্দবমখৈ য়োক্লকই। হৌজিক্তি মহাক কলেজগী ওজা ওইরেদনা।

মুমিংতো নীংশিঙলী, মহাক্না কলেজদগী হল্লকপা মতমহুদা মপানা লম্লানবগুম মাঙ্গোন্দা ফমহুনা লৈরম্মী। মশাহু ফিভম শোকনা উরে, য়েংবা মুংঙাইত্রে।

কুইরবগী তুংদা মপাবু উবদা মপা-মচাগী মরক্তা লৈনরীবা মবীডু থম্মোয়দগী য়াকাইরকখিবরা ? মীতোপকুম ফম্লিবা মপাদা কৌরুই,

—'বাবা লাকইব্রা ?'

মখা তাবা ঙমদ্রে। চেনশিন্দুনা ফমুংদা মমায় উপশিন্দুনা হিপ্পগা যিংবা য়াদবমখৈ খোঞ্জেল থোক্লা থম্মোয় শোকপমখৈ কপখি।

মপানা চঙলক্কুনা হায়বকখি, —'ইপাগী ইবেম্মা ইপা লাল্লে। ঙসিদগী ইপা য়ুমশিদা লেংদনা লৈরনি।'

নুমিৎতুদগী মপানা হল্লক্কুনা য়ুমশিদা লৈরখি। মপানা য়ুমশিদা তং তানা অমুক লৈবকপদগীদি ইখোল শন্নলগডু যেংবা নুংঙায়রে।

থাজকই, কুইববগী তুংদা মমা-মপা অনিগী চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবগী মতৌডু উবা ফংলগনি। মহাক্কী আশাডু তায়োন্নবকখি। মমানা মপাগা উন্নবা শুকয়া য়াবমদে। মপানা ইমুংদা লৈববদি মমানা মপান্দা থোকখিনি।

মহাক্কী থম্মোয়না কাওবা ঙমখিদে পিক্লীবা মৌপরানিপা অসিনা চহি অহুমগকা হায়বকপা মতমডুদনি মপানা মমাবু ওইদবা প্রচাব কয়া তৌরম্লগা অতোম্বীগী মযুমদা লৈখি।

—'নহাক্লা ঐগা কৈথেন কামিম্নরগা ডুকান ফম্বা নুপাডুদা নোকশিন্দুনা হৌরুবিবদি কবিগীনো ? নফিডুনা কোমথহল্লকইবডুনা করিগী ? ডুকান্দার'ডু নডগী মরুম্বরা............ ?'

মমাদি য়াম্না নুংঙাইজনা য়াম্না পেনজনা মপুরোইবগী মাং থাজবডুনা থোলকখিবনি। মপুরোইবগী মচিন্দগী

থোক্লকখিবা মৈরিক পুবা ব্লাহৈশিংদু করম্না কাওগনি। থৌ-দোক্কু না মমা-মপা অনিগী মরক্তা লৈরম্বা অচেৎপা 'থাজব'গী লীপুনদু নাম্থোক্কু না তৎখি। অহিংদুদা ভুজুংলবা ব্লাহৈগী অরায়-অখুম লান্দ্না লোয়শিল্লকপদদি অকনবনা অচুম্বা শক্লম্লগা মমাবু ফুরম্লগা হৌগৎতুনা চৎখি।

মতমদুদা চহি মাপন্দমক্ ঙায়রিবী মানা করিদী তৌবা ঙমখি। মহাক কপখি থোংজিন মরুমদা, মখুৎ থেক্ল থেক্ল-দুনা। মীনা মীদা নুংশি হৈতবা মীৎয়েং মপুরোইবনা মাগী নুপীদা চৎথ্রিবা শাজৎশিবু করিনো? হায়নৈ, 'নুপীদি লৈনা-দগীসু হেন্না নৌই লৈকং থম্বালদগীসু হেন্না পখগল্লি'অদুবু নুঙদগীসু হেন্না কনবা থম্মোয় ওইরম্বসু য়াই।

হৌজিকপু মপাদুনা খল্লগমদরা, "ঐনা তৌথ্রিবশিংদুবু চুমখিবরা?"

মমাগী থম্মোয়না পুন্সিগী অরোয়বা ব্লারেপ লৌখি, —'মপুরোইবগী মায়কৈদা খোঙকম অমত্তসু থাংজিল্লরোই।'

মমাগী ফিরেপ লেংহনবা কৈদৌঙৈদসু ঙম্লোই হায়বসি মহাক খঙই। মসিমসু মহাক্না থাজৈ, —'মমা মপানা লীক্লু ওইরগা মানা লংলা ওইদুনা লৈরম্বনি। লংলানা তৎ-থ্রবদি লীক্লুশিংদু মচোয় মচোয় তারক্কনি।' মহাক্না য়ুমশিদা লৈত্রবা মতমদদি লীক্লুশিংদু কনানা খুনগৎপিনী।

মহাক্কী থম্মোয়দুনা ব্লারৌরকই মপাবু, মমাবুদি ব্লারৌবা ঙমদে। মপাদি পন্শিরমদায় য়াইরেকফম থীরকপনি হায়না লৌদবা ঙমদে। পুন্সিগী মুংঙাইগদবা তাঙ্কক খরদি পু-পাং শুদবগী চৈনাখোল ফংনা লেল্লকখি। মমাগী থম্মোয়মুংদা

চহি কয়াদগী ওমত্তুনা চাক্লক্লিবা মৈরীশিবু পাক্ মুৎথৎপা করম্না ঙমগনি। মতম অমা ঈচেল অমদা পুন্না তাওথমিন্নরম্লবন্ত্র মমা মপাগী পূন্সি ঙসিদি পম্থুংফম মান্নদ্রবা লৈই অনিনি।

— 'ইবেম্মা, ইবেম্মা!'

— 'হুং।' তপ্লপ্না খঙনা হায়রকই।

— 'করিনো তুমিন্না ফম্লিবত্তুবো। চফুত্তু পাথরেনে।'

— 'উ..........ই।'

— 'নমান্নবীশিং লাকই। চাকখুমত্তু ঐ চংবীরগে।'

মথুং মশা তৈথোক্লগা পরপ-পরপ চাকশংদগী থোকখি। থোকখিবা মচানুপীবু মমানা মুংশিনা য়েংহৌই।

মে ১৯৯১ ইং

উরীপোক

## মালহৌনরকপদা

মীওইবনা খাংঙমদবগী পনখৈ য়ৌরগা ইকায়বগী মায়থু-মচু মাঙ্খি। অরাবগী পনখৈ য়ৌরকপদা পুন্সিগী চাংয়েং মায় পাক্লকই। ফাগিপী মতেংনা ঙাংনিংবা কয়া ঙাংথোকখ্রগা হক্চাংদা, পুক্নিংদা খঙয়াং য়াংবগু তৌহৌই।

থাংমৈবন্দা লৈবী ইমান্নবী অমগীদা চাক চান্নে। ঐখোয় মঙাদনি। ইমান্নবী অমদি লুহোংগদবা কুইদরে। ইমান্ন-বীগী মমা অহুনা ঐখোয়বু কয়াদি লুনা তৌখ্রে। চৎলিবা ইমান্নবা অনি অহুস্থু কুইনা তিন্নরক্লবগী হৌনবা ঙাংবদা অপনবা লৈন্দ্রে।

ঐখোয় খরদি থেংলে। ইমান্নবা অনি অহুনা হাল্লম্লে। ঐখোয় হেক থুংলবগা মাঙ্গোলবু কাখৎত্রি, ইমুংদগী ইমান্নবা

অমনা লাউরকই,

—'মখোয় লাক্লবনিনা ঐখোয় হল্লশি।'

লুহোংগদবা কুইদরবী ইমান্নবী'তুনা থুনা খুমখি,

—'চাক্ চাববু অয়ুক্তগী শণ্ডগদরনে ?'

—'উম, হয়েংদা ঙাইরে, য়াহৌথেংই, চাবা নঙদে হায়তুনা লীচৈনা শান্থরক্কদবা।'

—'ঐখোয়গীদি মবুক য়াম্না ফৈদা, ঐনা হায়রগা লোয়বে।'

মসিনা ওইরম্বা তাই, 'থাজব'গী লিপুন্দুনা নুপী ওইবীশিংনা পিক্লিঙৈগী মরুপশিংবু হুন্দোক্লগা মহাক্তুগী মনাক্তা চৎপা ঙম্লিবসি।

ঙায়হাক্তি পুমচিক চিকই। মাগী খুদাং ঘড়ীতু থাঙ্গৎ থাঙ্গৎনা অচিকপতু থুগায়রগা হঙলকই,

—'নঙগী ঘড়ীদা পুং কয়া তারবগে ?'

—'তরা মখায়গা খর হেল্লে।'

—'মিনিট কয়া চৎলে ?'

—'মিনিট অহুম চৎলে।'

ঘড়ীগী চপীতু লৈনা লৈনা হায়রকই,

—'পূন্সি বসন্তনা য়াহৌ থেংবতা নত্তনা ঘড়ী ফাওবা শ্লো চৎলিহৈ।'

ঐখোয় খঙহৌদনা নোকখি। য়া উমশিনবা নংত্রিঙৈ মানা মখা অমুক্ তারকখি,

—'জ্ঞান তামন্দে হায়তুনা ইনাওরুপা লুহোংগদৌরে। মরকসিদা ইচেমু অমুক লৌখৎকনি হায়রি।'

—'হাইমা, ইনাওহু ইচেবু য়াম্না শাওখিবদাইনে ?' ঙক্না হঙ্লুই।'

—'মাগী মাগী সুবিধাগী রানি। অহুনা ঐহাক্ য়ুম্‌গী থবক অমত্তা য়াওরোই।' শাওরপা খুম্নকুই।

মহাক্না মচেবু মনাওবু য়াম্না নুংশি হায়বশি ঐখোয় পুম্ন-মক্না খঙই। মরমদি মা ঐখোয় তিম্নরকপা ঙসি ঙরাংদগী নত্রে। অহুবু মতমশিগী য়াওন্দা মশাগী খলহৌদবা মানা মমৈথঙদা খায়দগী পঙবা মী ওইহৌরে_ হায়বশি মতমশিদত্তা জ্ঞান তারক্ পঙ্গুম তৌরকপ্রা ?

লুহোংগদৌবা কুয়দরবা ইমান্নবী'হুদা মানা ওনশিল্লগা হায়রুরি,

—'ইবেম্মা নচানুপানা হান্না পোক্কদবনি, অহু নত্রবদি য়ারোই, মরমদি ঐগী লুহোংবগী যাত্রা নঙনা পুগদবনি।'

রাহৈশিংশি মঙোন্দগী খোয়ক্কনি হায়বশি থাজবগী রাংম-দনি, ঐখোয় ঙক্খি।

ঙসায়মখৈ তাবদা ওইরম্বী, মহৌশাদগী রা কয়া ঙাংগনদবী ইমান্নবী'হুনা তপপা হায়রকই,

—'রাবু অহুম্না ঙাংনবা হৌনব্রা ?'

—'মক্লপ তাইবঙশিদি নাতৈ চাখিদরজাংনিদা, মশক্ খঙবা থম্মোয় অমতং থীরকপবু ঙসিকাওবা কংদম্নিনে। কয়াদা শাথিপ্রবনোশে ?'

মাদি কালাকারনি, লাইয়েকপগী কালাকার; মচু খনবা হৈবী অমতং মানা ঙায়রি হায়রকলিবশি কুইরে। নোংমা মানা হায়খি,

—'মরূপ, ঐদি লায়রবঁনি, অদুবু ঐগী থবকশিবু পূর্লিং থৌগৎপিবা হায়বশি ঐগী অপাম্বনি নত্রবদি ইশাদা অকিবা ফাওই। অদুনা থম্মোয়শিনসু য়াজরবী অমা ডায়রী।'

ঐগী মরুপশি মীনা য়েংবদা খ্বায়দগী মওং চাদনা উবা মীনি। মতম লৈবা খিবিক্তা পুময়াৎ অমগা পাইজমান অমগ-তমক্ শেংলি। মশমদুনা লেংবান্দা রায়- রায় তাই, খদাংগী কোয়দুসু ফনা শাংলে। মানা মতম পুম্বদা থাদোক্লদনা লোই নরিবা খাও অদুদনা মীগী শকফম মাল্লবা কংলবা পামেল পাম্বীদুনা শংবাম্নবা অতিয়াদা ইখৌ লাংনা য়েংজবগী লাই অমা মতুগা লোয়ননা অশংবা মচুগী রং য়াওরী।

মখোয়দা চৎপা খুদিংগী মাগী ইমুং-মনুংগী মীশিংনা হায়রকই,

—'ঐখোযদি মীগী মমাংদা ইকায়ঁজে। ফিজোল অসিগা নাকনগী খাও অসিগা মশম-মনাও, মকোই-মরাংও, ইচিন-ইনাওনি হায়বদা ইকায়জরে।'

মানদি তত্তনা হায়, মখোয়বু মী ওইনা চৎহল্লিবশি ঐগী মোল্লবা অমসুং মখল কয়াগী মচুশিং অসিগী মপাললনি হায়বসে মখোয়না করিসু খঙদে।'

রা কয়া ঙাংগদ্ববী ইমান্নবী'দুনা হায়রকই,

—'ঐখোয়দি মহাক লুহোংগদৌরে হায়না তায়দা।'

—'কনাগা?'

—'নংগা হেক্ হেক্ লোইনবী ওফিসতা থবক তৌম্মিন্নবীদুগা।'

—'মৌদুরো?'

লুহোংগদোরিবী ইমা্রবীচুসু হায়রকই

—'অচু ওইরবদি ঐ যাত্রা পূররোই।'

—'পুন্সি খোঙচংতা থম্মোয়বু তিন্নরবদি করিসু কায়দেদা।' ইশাগী মোং অমা কোঙদোক্লুই।

মানা হায়রকই, —'পুন্সি হায়বশি মখোঙ হুকখিত্রবা জাংনিদা।'

চাক তাকলক্কুনা ঐখোয় পুম্বা চাক চারে। ঙায়হাক পোম্বারগা হল্লশি হায়নরে। কায়নরমদায়দা মানা হায়রকই,

—'মরুপশা, লেপকংলবা উপালদা বসন্তগী য়েন্নিং চোং-লকপশিবু থাজনরোয়ত্রনে?'

× × × ×

স্কুটর মখোলচু তাবদা য়েংখোক্লুই। থাজদে, মহাক ওইরম্মী। মশম-মনাগকা লোইনা কক্থংলয়ে। হঙলুই,

—'কুইরবগী তুংদা করি থবক্কীনো?'

—'ঐগী লৌখৎপগী বার্ত্তন থিনবা লাকপনি।'

—'কনাগা?'

—'নখোয়না খঙলিব'চুঙায়।'

—'ওকিসকী'চুগরা?'

—'মানি।' কোয়দাননা লাওরপ তৌবা মমীৎতু হায়-কেৎতং লংখৎলগা নোক্লচুনা হায়রকই,

—'মচুগীদমক্ থাগৎচরী। মৌবু অরানবা মীৎয়েংনা তত্তনা য়েংবীবসি ঐদি য়াজনিংদে। মখোয়সু থম্মোয় পাল্লি হায়বসি সমাজনা খঙবিকম থোকপনি।'

—'অচু অদা খঙদে। মানদি ঐবু মশক্ খঙবী।

—'অদু ওইরবদি লেপকংলবা পামেলহৃদি.... .... .... ।' ফাগী তৌরুই ।

—'মাস্থ ঙসিদগী অনৌবা য়েগ্নিং চোংহনবা তারে ।' মথরায় তানা নোকই ।

মাগী পেনজরিবা মতৌহুদা হায়কেং মুংঙায়রুই । মহাক চংংখ্র । 'পূন্সি হায়বসি অহোংবা নাই' হায়বসিবু লাল্লগদ্রা ?

মে ১৯৯২ ইং
উরীপোক

## মমা

মাঁয়কৈ কদোমদনো খঙদনা নোংমৈ কাপ্পখি হায়বা অমদি মাস্তু কৈথেন ফমলিঙৈদা তায়। মকম খঙদনা মাগী থম্মোয়দু তনিক্লকই। ময়ুমদা খর ঙন্না হনগে হায়না পোং চৈশিংদু লোয়শিনবা লাক্লে। মী পূম্নমক্ কয়া থৌশানদে নোংমৈ কাপ্পবগী থৌদোক, নোংমৈ কাপ্পগী মখোন তাবা অনৌবা নত্তে। লম অমদা নত্রগা অমদা লেপ্তুনা থোকলিবনি। নোংমৈনা কাপ্লগা হুন্দোক্লম্লে, পুলিসকা কাপ্পবদা মী অতুক শিরে, মী অমা হাক্তোক্লগ। হুন্দোক্লম্লে, অসিনচিংবা খবর কাগজদা, রেডিওগী পাউদা, টেলিভিজ্জনদা তত্তনা নুমিৎ খুদিংগী তাই তোইনা তারক্লবনিনা কনাস্থু নাচুংবা ফাওনদ্রে।

কৈথেন ফম্লিঙৈদদি জ্ঞান-মেন অমা ইতা হেক তাদে। পংঙাংদা ঙাংনৈ অতুদনি অদাদনি, মখারোমদনি, মনীংলোমদনি। মতম্নগা কত্তবগা পংকুই কুইথবা ফংত্রমাললে খন্দুনা মহৌশাদগী খর ঙল্লপ কুম্নকৃই কৈথেন্দু। ময়ুমলোমদা হল্লকপতুদদি খঙলে থৌদোক থোকক্‌ম অতু মখোয়রোমদনি হায়বসি। ময়ুমগা ইনক নক্কবা মফমদনি। হেন্না মিপাইবগুম তৌরকই। হাথু হাথু থাংলম্বা মখোঙতু খরগা হেন্না থুগংলকই। ময়ুম য়োগদবা পংয়াম য়াম্না রাত্রে। লম্বীদগী য়ুমলক্ ফাওবা সিফাইনা পুংমু মুরম্লে। নুপী ওইবীগী হৌনবা মিপাইবা হেনগংলকই। অতুবু ময়ুম য়ৌদবদি য়াদে। সিফায়শিংতুগী মনাক নক্ শিল্লবদা অমনা হংলক্ ই,

—'ইমা কদায় চংতোইনো?'

—'ইবুংঙো ইমা কৈথেন ফম্লুবনি, য়ুমদা হল্লকপনি, ইমা চঙগেদো য়াগদ্রা?'

কৈথেন কুমলকপী ওইবতুদা সিফাইশিং অতুম্নু থোইদোক্লা অথিংবা পিরক্করে। লম্বীসিদা কনাম্নু উদে। তফিং-তফিং চংলি। লাপ্তক্লা মী অমদি তাতুনা লৈবতু উরকই। মনা-ক্কুদা সিফাই অমত্তা লেপ্পম্নু উদে। মপাতু লান্দবদি য়াদে। নাক-য়েৎ হায়রপ য়েংলম্নগা য়ারিবখৈ মপাতু থুনা লাম্থোক্লবা হোৎনরকই। তারিবা নহাতুগী মপাদগী খোঙথাং অম'নিদি লানখৎলুরে অতুবু নহা অতুগী শেংলি-চারিবা ফিজোলতু উবদা মহাক্কী খোংদগী তোন ফাওবা তু চুংখিবা খঙহৌদে। থাংলম্বা খোঙথাং চপ লেপ্তুনা মীৎকুপ খরদি মুম্না য়েংতুনা লৈখি। অতুগা তপ্পা চঙশিল্লক্কুনা তনিক তনিক মখুৎতুনা নহাতুগী

উপনা তারিবা মশা অত্থু লোঙথোক্লুই। খঙপ্রেক খঙই, খঙহৌদনা শোন্দোকখি,

—'ইচানিদনা 'শিদি।'

নহাক্তুগী মথবাক্তু ইহো-হোরে। মশাক্তুসু ঈনা পুমলুপ লুপ্লে, নোংমৈনা খুং পেন্নবা কাপখিবা মাল্লী। মচাগী পাঙলম্বা মমীৎতু তপ্না নাম্ববীরম্মী। মমীৎতু মচাক্তুগা মুন্না য়েংলকই। মচিনবান অনিক্তু কন্না চিকশিল্লকই। 'কনানসু থৌনা ফনা ইচাদা ফি অমতং কুপশিনবীনবা মী লৈতে' খন্না খন্না ইল্ল-কপা ফি অক্তু লৌথোক্লগা মচাদা কুপশিনবীরম্মী। অক্তুগা লৈতানা মচাগী মনাক্তা ফমথরক্লম্মী।

× × × ×

মপাক্তুসু নোংমা অসুন্না চংখি। অয়ুক অমা সিফাই ময়ামনা পুরগা ফিঙৌনা কুপ্লক্তুনা মাগী শুমাংদা গাড়ীদগী থাংথরকখি। সিফাইনা ফাক্তুনা পুরকপনি হায়না খল্লুবনি। ওন্ন-তৈনবা ওইখি। নুমিৎতুদদি ওন্ন-থোইনা, থবাক্তা খুংতুম্না শুরক্তুনা লাউ-খোংলক্তুনা কপখি। মতমক্তু মচানুপাসু পীক্লি। মমাগী মতৌক্তু পীক্লিবা মচানা থোঙজিন মপান্দা লেপ্তুনা মুন্না য়েংখি।

× × × ×

মমানা কৈথেন কুম্লকপা খুদিংগী মমাল্লবা মঙা তরুক্কা হেক্ হেক্ পুল্লগা লৈরম্মী। মহাক লাকপা উরগা মখোয়গী রারী হেক্তা লেপখি। নোং'ফাদোক মা হল্লকই খঙদবা নুমিৎতদি শারিবা রারীক্তু মরক মরক্তা তাবা য়াওই। মমানা চিংনবা ফাওই। মচাশি লম্বী অমদা চংখিব তারে খল্লকই।

থেমজিল্লি,

— 'ইবুংঙো ইমা ইচাদনি, ইমানা তাল্লিবা শুরি নো-ম্লিবশি নওগী ঙাক্তনি। ইচা অনিশুবা নত্তে।'

অহুবু মচাগী খোঙথাং লেপহনবা ঙমদে। মপুরোইবনা চৎখিবা, লম্বীদা মচাস্থু খোং থাংজিল্লব্রা হায়বগী চিংনবা ফাওরকই।

নোংমা খঙহৌদনা সরকারগী সিফাই ময়াম্না য়ুম কোয়শিল্লে।

— 'নচা কদায় চৎখি ?'

— 'খঙদে।'

— 'লৈফম তাকউ, হনুবী।'

— 'নোংমা নিনি হল্লকওই হায়রম্মী। চৎফম তাক্লমদে।'

— 'খঙদবা য়ারোই, নচা পীয়ু।'

— 'খঙদে হায়রগা পীয়ু হায়রবদি নখোয়না ইচাগী লৈফম খঙলমগনি। মনা ঐঙোন্দা ইচা পীয়ু।'

— 'মচিন কয়াদা থিগ্রবনো ? ফুজিল্লু, বটতুনা শুজিল্লু।'

চৈনাখোলহু কয়াদা রানা খাংখিবা নুমিৎ অহুদগী মচাগী লম্বী ময়েক শেংলকখি। খাম্বা য়াখিদে। মপাগী ঈনা মচাগী লু তোংদা চেনখি।

× × × ×

ঙরাং নুমিদাংদনি, মমান্নবা অনিগা লোইননা ময়ুমদা লাক্লম্বহু। চাক থব পবপ পরপ থোঙলগা পিজখি। অহিংহু মচাবু য়ুমহুদা লেকহন্নিংদে। য়ুমহুদা মদোম লৈজবনা হেন্না কৈ হায়না খল্লি।



মমা

মমানা হায় — 'ইবুংঙো নখোয় চৎলো, নিংথৌ মনাদি কক্লাং থেৎপনি। অহিং লেক্লগা নখোয়গী খুদোংথিবা থোকপা য়াই।'

নুংশিরবা মচাবু মনাক্তা লৈহন্নিংদে। মচাগা উনদবগী মৈচাক খাঙবনা হেন্না পামজে, মচানা খুদোংথিবা নঙবগী মহুত্তা।

× × × ×

গাড়ী অমা মাগী মনাক্তা থৌজিল্লকই, সিফাইগী গাড়ীনি। গাড়ীদুনা হেক খাম্বগা মখোয় খর ফন-ফন চোংথরক্লগা মচাবু গাড়ী মনুংদা নুংশি হৈতনা লংখৎখি। মনাক্তা ফম্লিবা মঙোন্দা রাহৈ অমত্তসু হায়রমদে, হন্না ফাওবা য়েংলমদে। ডিজল থাওগী অমুবা মৈখুত্তুনা মঙোন্দা কামশিল্লম্লগা গাড়ীদু কন্না থৌখরে। লৈমাইদা তারিবা উফুল্লক্তা তিল্লবা মচাগী ঈ অদুদা মুন্না য়েংলকই। মখুৎতুনা ঈ'দুদা তপ্না নাল্লকই। মিৎলুদা পিরাং ঈহৌরকই, চপশিল্লবা খজাইদুদা তপ্না তপ্না পিরাংদু শিন্থরকই।

মে ১৯৯২ ইং
উরীপোক

## পনখৈদুগী ৱাংমদা

লৈরিক ওফিস কুমলকপগী ঙায়হাক্তগা পোত্থাজবা ফংদে। খজিক্কুং আলে-জালে তৌরুবদা ইমুংগী থবক্তা নংহৌরোয়দৌরিবনি। ওসিদি ওফিসকী থবকশু খর হেন্না লৈরম্বনা কুমলকপতু খর থেংথ্রে। হাথু-হাথু তৌত্তুনা মফি মরোলশিংতু থুপচিল্লিঙৈ শ্যামজাই চঙলকই। লৈরিক্কী মপুরোইবনি। ৱা অমত্তা ঙাংদনা লৈরিকপু শংত্রিক য়েংলম্লগা কাংথোন মচিদা কমথরকই। মপুরোইবগী মওং-মতৌ চপ চানা খঙলবা লৈরিক অথুপ্পা ফিশিংতু উপুদা হাপচিন হাপচিননা তপ্পা হায়রকই,

—'ওসিদি ওফিসকী থবকশিংতু য়াম্মনখিত্তুনা খর থেংদোকখ্রে।'

শ্যামজাই ওয়-তৈনবা থুমলকই,

— 'উম, ঙসিদমক চিনবা, নহানৈখদি চিন্দবনিনে ঐনা লাইরিক লাইশু হৈতবনিনা নঙনা অমা হেক্তা হায়শিল্লগা য়ারনি 'শিনিনে।'

— 'করিনো হায়বিরিবত্নবো ? লাইরিক হৈ-হৈতেদি পনজখিদেনা। করিগীনো অত্নক য়াম্না শাওবিরিবত্নবো ? নোংমতম্মু হল্লকপদা হরাওনা লৈবিরম্মু।'

— 'নরমচংত্নননি খঙলত্রা নরমচংত্নুনা। নঙনা তৌববু ঐনা কৈদৌনা খঙদনি। ওফিসতা মুমিৎ চুপ্পা নুপা নহা অরৈমখৈ পুনশিন্দুনা ইরাং তৌ'খৈ তৌরুরগা 'শিদা সতী শাবদি য়ারোই খঙলত্রা ?'

ওফিসতা থবক রারুবগা করিগা লৈরিক মপুক্লিংদা শাওনিংবা ফাওরকই। খোন কল্লপ থুম্নকই,

— 'ওফিসতা থবক তৌরিবীশিংবু অত্নুম্না উবদি নপুকচেলত্নু য়াম্না পিকপগী রানি।'

— 'করি, পুকচেল পিকপহায়দি ?'

কমলমবদগী ফুক হৌগৎলকই। ইতিং তিংনা লেপ্লিবী লৈরিকী মমায়-মমীৎ খঙদনা কল্লবা মথুৎত্নুনা থাজিনবা হৌরকই। লৈরিক মচি লেংদে। কপ-লাউবস্মু তৌদে। শ্যামজাই লৈরিকপু মথুৎপেন্না ফুবমখৈ ফুরম্লগা ইমুংগী পোৎ-চৈশিংত্নু থুগায়বা হৌরকই।

কাদা শ্যামজাইনা লাউ খোংবা অমদি পোৎ-চৈ থুগায়-বগী মখোলত্নুদা মনিংদা মগুন্নুপাগা লৈরম্বা তোমালত্নু মগুন্নুপা'ত্নু চেৎনা কোল্লগা ইফিং-ফিংনা চঙলকই। খোঙজিন'পান 'মক্তদা

লেপ্তুনা লাউরকই,

—'শ্যামজাই নঙ হাকমনখরে, অসুম্না নুংতিগী তৌরবদি করম্বা নুপীনা খাঙবা ঙমগনি। ইমৌশিনা ওফিসতগী ল্লানা কুমলকলে। নঙনা অমুক নয় থকচিল্লগা লাউ খোংবা, পোৎ-চৈ থুগায়বা, হাঃ কদায়দনো ইমৌ অসিনা খাঙবা ঙমগদবা।'

শ্যামজাই মপাবু উবদগী হেন্না শাউগৎলকই। খংলাউ লাউরকই,

—'ইতৈ-ইনাওগী ল্লাদা হনুবা নঙগী নথৌ করি লৈ?'

ঙসাইমখৈ মপুরোইবনা তৌবা খুদিং তুমিন্না লেপ্তুনা য়েংলম্বী লৈরিক হাথু-হাথুঁ হায়রকই,

—'বাজীদবু অত্থুন্না হায়বা হৌনবরা?'

শ্যামজাই ঙাংলবা মমীৎতু লৈরিকলোমদা খানা অমুক্তং য়েংলল্লগা লেপ্লিবা মপাদগী থৈদোক্কুনা চৎখ্রে।

তোমাল মপূল্লিংদা মচাবু ল্লারৌদবা ঙমলক্তে। অহল ওইরে। মচা মমৌগী সেবাদা ইংনা লৈরনি খনজত্নুনা থাজরম্বা পুম্বা ঙম্নমক নীঙ্খায়থ্রবগুম মশাহু ইরুম লুমথরকই। শ্যামজাইনা থুগায়রম্বা পোৎ-চৈশিংদু লোয়শিল্লিবী মমৌ নুপীদা মশুত্থু পিরম্লগা-ল্লা অমতা ঙাংলমদনা কাদগী তপ্না থোকখ্রে।

লৈরিক থোকখ্রিবা মকুবোকপু য়েংনা য়েংনা মমিৎতগী মপি লেপ্তুনা শিন্থরকই। থিংবা ঙমদ্রবা পিগী ঈচেলত্থুগা ঈরোয়নরকই, মাঙগী পূন্সিগী শক্তমশিংথু·········।

× × × ×

লৈরিক্কী মপা বিধুগা তোমালগা য়ান্না লুনা তিন্নরকপা মরুপনি। পিক্লিদৈঙগী হৌনা মপাগী মরুপশিনা মহাকপু

য়াম্না লুনা তৌরকই। চহিগী কুমহৈ লাকপদা তোমালনা লৈরিক্কীদমক্ ফি-রোল লৈরগা পুরকনি। লৈরিকনা হরাওনা লৌরগা শেৎচিন-ইনশিন্দুনা থোরক্লগা তোমালবু য়েংহনগনি। নোংমগী য়োৌরক্তবদা মপাদা হণ্ড্গনি। লৈরিকনা পুংকক চাউরকপা মতমদা তোমালনা হেক হেক লক্নৈ,

— 'ইচাদি ইমৌ ওইগদৌরিবনি।'

— 'উম, ওইবিরনি।' থুনা খুমদোরকই, লুনা খন্থরুদে। মী খুদিংবু নুংশিনা লুনা তৌবা, মশাগী কয়া খন্দবা, ইং-তগ্না মতৌশিদা লৈরিক্লা তোমালবু অপোকপা মপাগুম লুনা নীংজরকই।

তুমিত্তু মহাক্না ওফিসতগী হল্লক্লগা চাকখুমদা চরা য়াল্লি-ঙৈদনি। মতমত্তুদা মমা চঙলক্ই, মচাগী মনাক্তা কমথরগা হায়রকই,

—'ইবেম্মা ইমা ঙসিদি য়া হায়গে। মচা নিংঙোলবু মকম মতম চানা থাজ-য়েনজবা হ্যয়বশি নিংঙোল পোকপশিংগী মথৌদাংনি। নঙগী বাজীনদি ইচাগী থাজবগী য়া লোয়নগ্রে, নপাগী নিংবা কায়হনগনু। ইমানা ইচাগী অনিংবা করি লৈবগে হায়বা খঙনিংই।'

য়াহংস্থ পাউখুমস্থ পুল্লবা লেপ্তনা ঙাংথরক্লিবা মমাগী য়াহৈ-শিংত্থ লৈরিক তুমিন্না তায়, হোয়-মায় হায়রুদে। মমাত্থ মখা তানা য়া অমা'নি ঙাংলয়গা থোকপ্রে।

নিনি-ছুমনি লৈরগদি খঙলক্খি, লুহোংগদৌরিবা মীশকতু তোমালগী মচানুপা শ্যামজাইদনি। লৈরিক শ্যামজাইগী মরমদা মুন্না খঙদে। মমা মপাগী য়াথং ইনবগা, মপাগুম্নবা তোমালবু

নুংশিবগী লীচৌং'ফুগনা লুহোংবহু য়াখি । মমা-মপানা মচানুপীবু চাউনা অওং-অউন তমহুনা শ্যামজাইদা লুহোংলকখি ।

লৈরিক মপুবোইবা অমদি মকুবোক্কী সেবাদা মশাবু য়াম চিলহন-চিলহনজনা শাগৎখি তুংগী আশা কয়া লোয়বা নাইদনা। পূন্সিগী ইতোপ তোপ্পা মহাও অমা ফংলবোই নীংজখি । অনৌবা শক্লোন কয়ানা পূন্সিবু তবাম্না ওক্লবদা পেনজবা মীনো-ক্তনা তনৌবী মায়থোঙগী লৈতেং ওইখি । অহুবু আশা কয়াগা লোয়ননা শাগৎচরুবা পূন্সিবু থাজবগী মীনোক্তুদি তুং কোইখিদে । শুপ্লতগী মুমিদাং অমনা অহোবা ওইহুনা তায়োম্নবগী চৈথেং পীবা হোবকখি । লৈবিক থাজদে । অহুবু য়ু পুমখৈ থক্লক্লবা মপুবোইবগী খারবা মীচৈ নুমীৎতুদগী তাবা হৌখি । উজবম্বা শক্লোন 'পুম্বা মাচওবদা ঈহৌরকখি পিগী ঈচেলম্ম খামঙমদনা ।

নোংমা ফরক্কদ্রা খল্লি মপুবোইবগী লমচৎতু, ফবক্কে । লৈরিক মপুরোইবগী লমচৎ শেমদোকপা ঙমদ্রে । হিংবগী মহাও য়াওদবগুম তৌবক্লে । ওফিসতগী রানা হন্নক্লগা নুমি-দাং ওইরক্লনি খনবদা পোথাফম খঙদবে । মপুবোইবদগী লাপ্পা চেন্নিংলক্লে । অহুবু মহাক চেনবা য়াদে । মপা শাক্লবা মকু-বোক তোমালনা মাগী মখোঙদা য়েৎহ্লিং ওইনা ফাবরে । মকুবোকনা মাবু মচা নিংঙোলদগী হেন্না লুনা তৌবিরী । নোং-মতা মীং কৌদে । 'ইবেম্মা' হায়বদগী হেন্দে । থবক অমা তৌবদা ইমুং-মনুংগী অক-ফত্ত য়া তান্নফম লৈবিক্তা ওইরি । লৈরিক তোমালবু অপোকপা মপামক্লম লুনা নীংজে । নুপী অনিশুনা লৈতবা ইমুংশিদা য়ুমশিগী মফম থুদিংনা মাবু হেক

হেক কাবগুম তৌই। নাম্থোকপা ইঙম ঙমদে।

মচানুপা অসি লৈরবা মতুংদনা অমুক হেন্না মপুরোইবগী কত্তবা হেনজিল্লখি। মাবু থাজদবা চিংনবা মীৎয়েংনা য়েংবা হৌরকখি। নুংতিগী হনজিল্লক্লগা খংনবা হৌরনি। পিক্লিবা অঙাং অসিদা নোংমতা নুংশিবগী মতৌ উংতে। নিশানা মশা পুম্বা লুপ্লগা হনজিল্লকপা মতমদনা তুম্লিবা অঙাংগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রক্কনি,

—'অঙাংশি পুথোকখো। মশক অসি ইচা মান্দে।'

হায়বতা নত্তে, তুম্লিবা অঙাংতু চিংথোক্কদবগী হোৎনৈ। লৈরিকনা পাখৎনা মচাবু পমখৎলি। মশাদু হায়রং হায়রং চঙশিল্লক্‌না অঙাংতু মুনগদবগী হোৎনৈ। থাঙবা ঙমলক্ত্রগনা মকুবোক্কী মনাক্তা চেনশিল্লগা লোৎপা লাক্লে।

× × × ×

—'ইবেম্মা নুপীমচা, লৈরিক।'

লৈরিক অকোনবগী মীংগৌতুদা ভাব তারকই। মকু-বোক্লা চঙলকখিবতুদি মহাক খঙহৌদ্রে। মতম্বাক্তা মচা লৈরী হায়বতুকাও নীংশিঙনুদ্রবনি। খজাইদা শিম্বুরম্বা পিতু ইল্লিবা ফিগী ফিজিনা হায়কৎতং নাম্থোক্লগা মকুবোক্তা য়েংখৎলকই। মকুবোক্কী মীনুংশিনা থল্লবা মিংয়েংতুগা মীৎচানবকাও ঙমজদে।

তোমাল থোঙতুদা ঙারগা তপ্না হায়রকই,

—'নুপীমচা ইপা ঙসিদি পূক্লিং খর নুংশি। ইপাদি অহল ওইরে, ইচা-ইশুশিংগী মতৌ য়েংলগা পূন্সিসি লেল্লগে থনবনি। শ্যামজাইসে ইপানা মমা লৈতে হায়তুনা খর হেন্না কেথোক্লা য়োকলকগ্রে। অতুবু অম্ুক থিনা মানা লৈখা তার-

ঙনি হায়বশিদি নোংমতস্থ খনখিদবনি। ইপানা 'শিদা 'স্থম লৈরবদি নহানমপোক্কী পাপ কোক্ত্রিবা ঐসে হেন্না পাপ লং-শিনবা ওইনা থোক্লনি। অত্থনা ইপা বৃন্দাবন্দা চৎলগে। লেমহৌরিবা পূন্সিসে ঈশ্বরগী লম্বেলদা খোঙ থাংজিল্লগে নীংলে।'

লৈরিক রা ভাংথোকপা ঙমদবমখৈ স্বর ফুনগৎলকই। য়াম্না রানা কপ্পা খাংলবা মতুংদা খোঙলন্থ হিক-হিক চিংখৎনা হায়রকই,

—'বাজীনা য়ুমশিদা লেঙদনা লৈবিবদগী ইমা-ইচানা য়ুমশিদা লৈবা ঙম্নীবনি। মহাক্কী মতৌশিদা ইমা-ইচানা কয়াম কুইনা লৈবা ঙমগনি।'

—'মরাগী মনাক্তা লৈনিংত্রবদি য়ুমশি থাদোক্তুনা চৎ-খিবা তায়। মুপীনা য়ুম অমত্তদা মুপা অনি লোনবা য়ারোই। হায়বিয়ু বাজী লৈরিকশিবু ঐগী মুপীরা নত্রগা বাজীগিরা?'

মপান্দগী শ্যামজাইনা লাউর লাউরদুনা চঙলক্‌ই। মহাক চঙলকপা তোমাল অমস্তুং লৈরিক উহৌদে। অনিমক্ ইঙক ঙক্লা থোংলোমদা য়েংথোক্লুই। মমীৎতু কোরীগুম ঙাংশং ঙাংনা লৈরিক্তা য়েংদুনা লেপ্লম্মী।

মপুরোইবগী শকফমদুদা লৈরিক রাহৈ অমত্তা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে। থাম্মোয়দদি খল্লকই, মপুরোইবগী রাখল লৈখা তানা কত্রে। অতুমকপু অসুক থীবা বদনাম পীরক্কনি হায়বফাওবদি 'খল্লুদে। মরমদি মহাক কনাদস্থু লাগ্রক্তি।'

তোমাল মচানুপাগী রাঙাংত্থ তাবদা মশা অত্থ শাউনিংবনা থক-থক নিল্লকই। চহিনা নল্লবা মপাঙ্গল ফুদোক্তুনা মচাবু ক্লারকপা ঙমদবত্থগী অরাবত্থনা মশাবু হেন্না খাঙ্‌কম খঙ্‌লক্কে।

খোঙ্জেল কন্না লাউরকই,

— 'শ্যামজাই! নঙ্, নপামকপু ফাওবা অতুম্না ঙাংলবনিনে। নঙ মী নত্তে শানি।'

— 'বাজীগী নথৌ লৈতে। ঐগী নুপী ন্নারকচবনি।'

শ্যামজাই ন্না মখা তারমদনা লৈরিকলোমদা হোৎচিনখি। মফম মরাং খঙদনা লৈরিক্তা কাওবগা থিনবগা তৌরকই। লৈরিক খাঙফম খঙদনা মচাবু শোকখিদনবা হোৎনৈ। তোমালনা খঙলাউ লাউরকই,

— 'শ্যামজাই অঙাংশি শিবা তারেনে।'

— 'শিসনু, মতু ইচা নত্তে। মসিগী নুপীসি ঙসি হাৎতবা য়াদে। মাগুম্বনসু মপা-মচাবু পুন্না পান্নবা শাই। বাজী চংশিনবীরক্কনু।'

লৈরিক মপুরোইবগী ন্নাহৈশিংদু তাবা ঙন্নক্করে অফাবা মশমতু পুন্না অমুক্তং হায়গৎলম্লগা কপ্পদা পোম্লবা মমীৎতু ঙাংশং ঙাংনা মপুরোইবদা য়েংখৎলকই। মপুরোইবগী শকফমতু য়েংবদা ওস্থোক্লা অকিবগী মশক ফংলক্লে।

তোমাল ন্না ঙাংথোকপা ঙমদ্রে। তাবদা হঙ্গোয়রবা শ্যামজাইগী ন্নাশিংশি তাতুনা লৈবা ঙমশিল্লক্করে। অহল ওইবগী মঙম শাল্লক্ত্রবা হকচাংগী শিংলিদা চেল্লিবা ঈতু খোঙজেল য়াংনা চেনখৎলকপ্রা? মপাঙ্গল'পুন্না খোমজিল্লগা শ্যামজাইদা মখুৎ অনি চঙতুনা ফুথরকই। অতুবু চহিনা নল্লবা পাম্বোম অনি'তুনা মচানুপাবু কদায় য়ৌনা চৈনা পীরুবা ঙমগনি? মামক্লা হেক পোকচরিবা মচানুপামক্কী মচীন্দগী অস্নুক লুজদবা বদনাম, মহাক পেন্দে, ন্নাম্না পেন্দে।

শ্যামজাই শাফু য়াওব্রবা মপাগী মখুং অনিদু ফারগা খংইন ইনখি। ফল্লাংদা য়ৈশিন্দুনা নিঙথেঙননা তুখ্রিবা মপাবু খানা য়েংলগা লাউরকই,

—'হনুবা নঙস্থু শিজখ্রো।'

লৈবিক মকুবোক্লা তুখিবা'দুদা পাখৎনা হৌগৎকে হোৎনবিদৈ মিৎকুপ্তা, খুৎলৈ থুনা মতম্বাক্তগী মচাদু মপুবোইবনা মুনখি। অংাংদু ব্লানা থাঙ্গৎলগা লাউরকই,

—'মসিগী অঙাংশিদা হাৎলগা ঐ পেল্লদবনি।'

লৈরিক ফুক হৌগৎলগা কোমথবম্লবা ফনেক্তু হেন্না চেৎনা শেৎচিল্লগা নাক-য়েৎ য়েংলকই। খুয়ারোম থংবা ফল্লাংদা ঙাদুনা লৈবিবা থাঙদুদা মাগী মীৎয়েং লেপখি। অফাবা মশমদু তনখোম খোমগৎতুনা চেৎনা পুনশিনখি। মিৎনা কুপ্পদা খুৎলৈ থুনা থাঙদু লৌবগা মচাবু লংগে হোৎনবিবা মপুরোইবগী মথবাক্তা থুম্না থিংজিনখি।

তুখিবদগী হৌগৎপা ঙমদ্রিবা তোমাল খংলাউ লাউবকই —'লৈরিক !!'

মে ১৯৯২ ইং
উরীপোক

পানথৈখদুগী ব্লাংমদা

## য়ুমগী নুপী

হয়েংদি রার্কশোপ লোয়শিনবা নুমিৎনি। স্কুল খরদগী অখন্নবা খনগৎলকপা ওজা খরগীতা ওইনা শীনবনি। নুমিৎ তরানি চুপ্পা চৎথরকপা রার্কশোপ অসিদা মপুং ওইনা মতমসিগী ছাত্রনা ফত্তবা হেনজিল্লকলিবসিগী মরমদা খন্ননৈনখি।

ফনা ফজনা মায় পাকপা অমদি মপুং ফাবা রার্কশোপ অসিদা মুংঙাইবা মচন অমা ওইরিবদি ওজা ধীরেন্নি। ঙাঙগললি, ফাগী তৌগললি, খন্ন-নৈনবা হেক লোইশিনবা খুদিংগী মহাক্না ওজাশিংবু হেক হেক লকনৈ,

— 'ওজা তোলেন হনখিবদা লম্বী চুপ্পা চৎলু, খুদী থীনবা চৎকনু। ওজা চাওবা হোরেন য়ুমদা হনজিনবদা ঙস্তা ঙস্তা

হনজিল্লু।' অসিনচিংবা কয়া ইতৎ তৎতনা ঙাংই।

ওজা নুপীশিংদস্থু মানা ওনশিল্লগা হায়রুই,

—'ওজা ইবেম্মহোয় কল্লা কল্লা নোক্কস্থু। হোরেন য়ুমদা মফম মরাং খঙদনা নোক্লুরগা ইমুং ইরাং খোক্লকপদা ওজা ধীরেন নীংশিঙলকই হায়রুদননে ইচোপ চোপনদনা তোক্লরনি। ইবেম্মা ঐ খাম্বা লাকপা ঙমলোইকো।'

চুম্নবু হায়ববস্থু ফাগী ওইনবু ঙাংলবস্থু ওজা ধীরেননবু ঙাংলক্লবদি পূন্নমক নোকপতনি। ওজাদি নোক্কে, তুমিন্না মানা ঙাংদবগুম মমাইত্থু হায়গৎতবমখৈ মমাংদা ফাক্লিবা লাইরিক্কুদা য়েংলগা লৈ। মতৌশিদনি ময়াম্না অপঙগী অহুন্নক নোক্লিবা। লৈরম্লিবা ফিভমত্থুদা কনানস্থু ওজাদা রা অমত্তা হায়বা ঙমদে। নোং'ফাদোক ওজানা ঙন্না হেক য়ৌরক্কুবদা 'ওজা ধীরেন য়ৌরক্লিবরা, ওজা লাক্লিববা? ঙসিদি থেঙলকইনা' ওজা মশেল হঙনৈ।

হুমিৎ খরনিগী মতমশিদা ওজাশিং অহু ইমুং অমত্তুদা লৈমিন্নবগুম নুংশিনবগী লীচিংনা পূন্নমকপু পুনশিল্লক্লবা মতমশিদা কায়নবগী পুংফম য়ৌরক্কদৌরে। অহুবুদি কপ্পগা নোকপগা মচিন-মনাওনি হায়নরিদনা। ওজাশিংনা অমুক্কা হেন্না নুংঙায়-নদ্রিবদি ওজা ধীরেনগী ফাগী তাবা কংলোয়দৌরিবশিনি।

ওজা ময়াম চা থকপা মতম য়ৌরক্লে। নুংতিগুম মমাইত্থু ইহায় হায়গৎতনা লাইরিক্কী চেনা হায়দোক হায়দোকনা আনোক্কু মথুং ওইনা খজিক্কুং ইনখৎলপ তৌরগা ঙাংলকই,

—'হয়েংদি রার্কশোপসি লোয়শিল্লনি, ঙাংনিংবা ঙাংহো-রো। যুম-যুম য়ৌরগদি মে-মা ময়াম্না কোয়শিল্লনি।'

ময়ামশিং অহ্ তুমিন তুমিন লৈনরম্বনি। তৌববুদি ময়ামশিং অহ্ ওজা ধীরেননা রা ঙাংবা তাগদবগী ঙাইহ্নুনা লৈরম্বসু য়াই। ওজাগী রাহ্নদা ময়ামহ্ খোঞ্চেল থোক্না নোক্লকই। ময়ামগী মীনোকখোলহ্নুনা নেমথরপ তৌবা তাঞ্জা অহ্নদা ওজানা অমুকসু হায়রকই,

—'নখোয়না নোক্লিবহ্ পূল্সিরোক্লনি।'

ওজা ধীরেনদা রা ঙাংবগী রাশীসি খর হেন্না হাপ্লকপ্রা? ইচুম চুম্বা রাকমশিদা কন্নিবা ওজা ময়ামহ্ অমুক্সু রা লাউনা নোকলকই।

ময়াম্না নোকপা হন্থরক্কুনা ওজানা করি মখা তারকপগে হায়না ঙায়নরিঙৈহ্নদনি। নহানমখৈ রা কয়া ঙাংগন্দবী চিং-লেম্না হায়ফেৎতংগা নোক্লকপী ওজা নুপীহ্নুনা লেপখৎলগা হায়রকই,

—'ঙসিদি ওজাশিং ঐ খর হানজররম্লগে।'

ওজা ধীরেননা থুনা খুম্লকই,

—'করিগীনো ইবেম্মা; হয়েংদা ঙায়রে ঐখোয়বু উন্নরবদা।'

— 'ইশাগী অচিন্নবা থবক অমা লৈজরে। অমনা ওজা-হোয়দা চঙ্লগা ইনম্মদা ওজাহ্ য়াম্না লাঙহৌই হায়না তমজরমগে।'

মখা তারমদনা ওজা নুপীহ্ মহাক্কী বেগতু পায়খৎলগা থোকখরে।

ওজা ধীরেন রা মখা তারক্কে, মমায়হ্ মকশিল্লপ তৌরকই। ওজা নুপীহ্ মখোয়গী মনাক্তা লৈ। মসিমসু মহাক্না খঙই 'ওজা নুপীহ্ মাগী নুপীগা লোন্দিম্নে।' মাংদা লৈরিবা চে-চাং পরপ পরপ লোয়শিল্লি।

মতৌত্নদা ওজা অমনা হঙলকই,

—'ওজা লেংবিদৌরব্রা ?'

—'ঙসিদি ময়ামদগী খর হানজরম্লগে।'

মমায়দু হায়গৎতনা তপ্পা খুম্লকই।

ওজাশিংগী মরক্তগী অমনা হায়বকই,

—'হয়েংদা ঙায়বে লোয়গদবা, মতুংদা অমুক উম্লবা কংদবসু য়াই, ওজা ঙায়হাক লৈবিখোদা।'

—'চৎলগে নতৈমদা শেরান-তুরান শোয়দনা তমশিল্লুরনি।'

—'করিনো তাকপিরিবশিবু ওজাবু ইতৈমনা.... ।'

ওজা নুপাদুনা ঙাঙলকইবা রা লোয়বা নঙত্রিঙৈদা থুনা খুম্লকই,

—'এ ! ওজা ঐনা কিবশি নতৈমদনি, নুংশিবসু মাদনি। হোরেন চাক চাবা হবাও হবাও চঙলুবদা খাবৈ পায়দুনা ঙায় লৈরম্লবদি.......... ।'

রাহৈশিংশি হায়রম্লগা ওজা ধীরেন্দু পরপ পবপ থোকখ্রে। থাজদনা হোংলকপা ওজাগী মতৌত্নদা ময়াম পুম্বা কনাস্ন মখা তারক্তনা ওজা ধীরেননা থোকখিবদু মুল্লা য়েংহৌই। অদুমকপু ওজা নুপীশিংদুগী মাইথোংদদি চিং-লেম্বগী মতৌ উরকই।

মে ১৯৯২ ইং

উরীপোক

# লল্লোনবী

উসিদি মহৌশাগুম অওনবা অয়ুক্কু নৎত্রে। নোংথি নোংমংবনা নুংশা ময়েক শেংনা থোক্ত্রবস্ন গুমিংতু ফক্লাংদগী মাঙ্গোল ময়াই য়োরম্বদি য়ারে। ওরাং খোম্বা নংহৌত্রবা শঙ্গোম খরা খোমলিংওদনি থেওগ্রিবসি। তহা তহা তৌত্তুনা শঙ্গোম চক্কুশিংতু মখোঙ পানবা থুম্মোক্কুদা হাপচিললে। চন্দোন মতেক অমতং মমাইদা থিনজিল্লে। নুংতিগী শেংলিবা মচু তারপ তৌবা ফনেক্কুগা খুদৈরাংবা মতেক্কুগা শেংচিন-ইনশিল্লে। মহাক্না তোয়়না খল্লি, 'চমোং চমোং চংলবদি মীনা মাগী শঙ্গোম চাবিনিংলোই।' কোক্কী কৈজ্রা ফিতু কোন্না কোন্না মচানুপীবু কৌরকই,

— 'ইবেম্মা ইমাদা শঙ্গোমথুম্মোকশি অমুক্তা থোনগৎলুরাও।

মচান্নুপীনা থুম্মোক্তু থাঙ্গৎ থাঙ্গৎনা ঙাংলকই — 'ইমা হোরেন ঐগী ফুরিৎ অমতা লৈবিরকউ, ঐ'ফুরিৎশি য়াম্না ফোৎমনখরে।'

— 'হোয় হোয় তাঞ্জা চাবা নুমিৎতা কোক হেক লৈথোকক্লগা লোইরে ইচাশিদি। ননাও অনিনা শান্নবা চৎখিবত্থু খর য়েংশিল্লম্মু, ইমানা চৎখ্রিঙৈশিদা।'

কোক্তগী থুম্মোক্তু মখুৎ নাম্মনা পায়বগা থোকসক্কুনা য়েনখাদা ফন্নিবা মপুরোইবত্থুদা হায়রম্মী — 'ঐ চৎলুখিগে, অঙাংশিংশি খব য়েংশিনবীরম্মু।'

হোয়-মায় কবিম্মু হায়রক্তে বিড়িত্থু চিংত্থুনা অত্থুম লৈহৌই। মাম্মু খঙই করিম্মু হায়রক্লোই হায়বা; হায়বা হৌনবগী হায়বনি। নুমিৎ থুদিংগী খোঙবু ওইনা চৎমিন্নবী মখারোমগী মচেত্থুম্মু ঙসিদি মশা ঙমদে চৎলরোই হায়রক্লে। অমুক মখা তারমন্ত্রে বস নংহৌরবোই হায়ত্থুনা পরপ পরপ থোকখ্রে।

চিন্নবা সহবগী লৈরক থুদিং চংলগা 'শঙ্গোম লৌহৌগেরা' হংগনি, য়ুমথোং থুদিংগী লৌবিবম্মু নত্তে। ময়ুমদদি অয়ুকনুমিদাংগী চরা পুশিন্দবা য়াদে। য়েনশাং অরায়বনি, লুরিবদি চেঙনি। নোংমগী চেঙ য়াওদনা ময়ুমদা হনবা য়াদে। নোং'ফাদোক মশা ঙম্মক্তবদা য়ুমলোন্নবদগী পুরুনি। মত্থু অমুক শিংবা লাক্রবা মঙোন্দদি অরাবনি। ঙম্মিবমখৈ মীঙোন্দগী পুদনবা লাক্লে।

মপুরোইবগী য়ুগী নামৈশেঙ্গ হুনবা তাই। নোংমগী য়ু খর থকহৌদ্রবদি মশাত্থু হৌগংপা ফাওবদা য়ানা থোক্লে।

থবক-মনা অমত্তা শুদনা মাঙ্গোন্দা ক্ষমহুনা মা হল্লকপা ঙায়রমনি। হল্লকপগা মাঙ্গোন কাখৎপা নঙত্রিঙৈদা পৈশা লৌরগা চৎখিনি। নুমিদাং অথেংবদা য়ু পুমখৈ থকচিল্লগা লাউ খোংহুনা য়ুমদা হল্লক্কনি। সে-মায় রাতাম্ননিংঙাই য়াওদে। নোংমদি মশা কাওবা লেপচবা ঙমদবমখৈ মীনা থীল্লকখি। কমুংদা শোরো শোরো চিংশিল্লগা মখুৎ পেল্লবা মপুরোইববু ফুখি। অহুগা মহাক য়াম্না পেন্দনা কপখি।

নোংথি নোংমঙবা ওইবশিদা শঙ্গোম চফুহু অনি অহুমদগী হেন্না শিংত্রে। শঙ্গোম অনৌবা লীক্লি অনিখক য়াওরকপহুগা লৌনহৌরে। য়ুমথোং খুদিং হঙবদা 'ঙসিদি লৌররোই' ঙাক্তা হায়রক্লে। মহাক খল্লকই, 'শঙ্গোমশিংশি লোয়না শিংতবা য়াদে।' করি তৌশিগে খল্লি, হোটেল অমদা লোয়না পিশিল্লগে। মমলদি মহুৎ ফাওবা ফংদবা য়াই। ঙায়হাক রাখল তৌরগা মনাক নকপা মক্ষম অমদগী লীক্লি অনিহুদা ঈশিং লৌক্লরগা চফু খরদা য়ানশিল্লে। শঙ্গোম চফু অনি চোংথোকহল্লে।

কৈথেন্দা হায়গৎলকই। ঙায়হাক কোয়চৎ চৎলগা মবুক থল্লা উবা হোটেল অমদা চঙলে। হোটেল মপুহু থোরকই অহুগা হঙলকই,

— 'চফুদা কয়া কয়ানো ?'

— 'য়ামদেদা নিপান্দনি। হৌজিকতি শঙ্গোমশি তাংবনা। মমল তাংবদি খরবু ফরি শঙ্গোম ফংবশিনি য়াম্না রারীবশি। মণস্থু ঈরোইস্থু থবকনা কানৈ হায়হুনা লাবা ঙাক্তা লোইনরে ঐখোয়দোমদদি।' ফিগী মচী অমনা মমায় মমিংতু নানথোক

নানথোক্লা মরী মরী ঙাংথরকই ।

মানা ঙাংলিবত্থু কয়া তাফাংতনা হোটেল মপুত্থনা হায়রকই,

—'মঙা মঙা পিরগে ।'

—'ই ! কদায়দগী য়াগদগে । তরুক পিরগে হায়রফাও মহুৎ ফংদে ।'

—'শঙ্গোমনা মরোল অমা মহী লাংইবা, শিদবু কদাইদগী নিপাননো ?'

—'কালেনগী শঙ্গোমনি ইবুংঙো । বসতা পুরকপগী নিক-থোকপদা তৌরিবনি । য়েংউ য়েংউ মখা থংবা চফুশিংসি করিম্থু তৌদবা য়াওরিবশি, মপানগা অমত্তা কোৎত্রবনি ।'

—'হোয় ফরে চফুশিংশি লোয়না লৌহৌরগে, মঙা মঙাত্থু তৌরোনে ।'

—'ইবুংঙো ইন্দোন্দা ধর্ম্ম নত্তবা ৱা হায়গনুবা । মসিদগী খরদং পকলকপত্থনা চেং রাল্লুদোয়নি । ইবুংঙোগী ৱাশিদি শে-ন্দোংদি লায়রদনা মহুৎ ফাওবা ফংদ্রে । ফরেসে 'সুমাই তৌরশি, ইবুংঙোনা শোয়দনা লৌরনি হায়রবনিনা ঐসু খর য়েংলগে তরেৎতু তৌরো । ঐসু মহুৎতুদফাওবদি থাদোক্লম্লগে ।'

মহাক্লা শিখাং খাংলবত্থুদদি হোটেল মপুত্থু হেনজিনবা ঙমদ্রে শঙ্গোম চফুশিংত্থু লোয়না লৌহৌরে । মাইথোংত্থু মকা খজিক লা-ম্বগুম তৌই । থুম্মোক্তু থাংগৎ থাংগৎনা খল্লকই, 'মতমসি ফনদি থেংজিল্লক্লে । অত্থবু ইচাগী ফুরিৎ অমতংদি ঐবু য়েংলুখিশিরা ?'

মে ১৯৯২ ইং
ঊরীপোক

## পূক্নিং ঈথিল

বীমোলনা ভারাদা লৈরক্লিবসি থা অহুমস্সোম ফারক্লে। ময়ুমনা খর লাপ্পা লৈবত্নুদা ওফিস কাবা চৎথোক চৎশিন্দ্রা খুদোং চাদবদগী লৈবনি। মহাক মবুক তপই, ইংই। ময়ুম পান্দ্রি। কা'ত্নুদা মখোয় অনি লৈমিন্নরম্বদগী অমত্নুদি লৈররোই হায়ত্নুনা চৎথ্রে।

ইবেমু মমা-মচাদা য়ুমত্নুদা লৈ। য়াম্না নহানি। মচাত্নু চহি মরিরোমগদি শুরম্লনি মাগী নুপাত্নু চহি অনি খর হেল্লম্বা য়ারে, য়ুম থাদোক্কুনা লংফৈদা পৈশা তানবা চৎখিবা। মরক মরক্তা পৈশা খর খর থারকই। মতেং মতেং ওইনবা হায়ত্নুনা থংনরিবা কা মচা অসি ভারা শান্দোকপনি।

সন্ধ্যানি। 'কাকা কাকা' মাবু কৌর কৌরদুনা অঙাংদু মাগী কাদা চেনশিল্লকই ফমুংদা লাইরিক পাদুনা লৈরিবা মাগী নাকন্দা চোংশিল্লক্লগা থুনা হিপথরকই। ইবেমু মথুক্তা চৈ অমা পায়বদুনা তুংদা ঙাংল ঙাংলদুনা তাল্লরকই,

—'নঙ ঙসি লৈরম্মু খঙনি। ঐনা তৌনু হায়বশিতা মহাক্না তৌগদৌবগীতা হোৎনবা, করি থোক্লে হৌজিক্তি?'

বীমোলগী কাগী থোঙজিন্দা লেপ্তুনা কোয়রৈ লৈদুনা য়েঙলকই। মচানা হিপ্লিবদু উবকই, ঙাংলকই,

—'থোকললকউ লাউ, লাউ-উ-বা।'

বীমোলনা হঙ্গৎনা য়েংলকপদুদা মহাক মখা তানা ঙাংলমদ্রে। 'নঙ ঙসি ইনাক্তা চঙলকউ' হায়না কিহল্লম্নগা থোকখ্রে।

ইবেমুনা চৎখ্রবা'তুংদা বীমোল অঙাংদুদা ওনশিল্লগা হঙলকই,

—'মমাদা করি তৌরুরে?'

—'কাকা য়াম হৈদোকউরে।'

—'য়ামদি কৈদৌনবা?'

—'তল হৌনবা লৈহৌদ্রে। অদুগীনি মমানা ঐবু ফুনবা তাল্লরিবশি।'

—'চাক থোংলোয়দ্রা।'

—'কাকা নুমিদাংদি তল চায়।'

বীমোল থাজদে, নহানমখৈস্তু খঙদে, অঙাংশিনা নুমিদাং খুদিং তল চারক্লি হায়বসি। ঙায়হাক তুমিন লৈরুরবা মতুংদা হায়রকই,

—''বুংঙো ঙসিদি কাকা নারে। চাক চাররোই। ঐগী চাক্ অসি পুবগা মমাগা নঙগা চাকথোকউরো। অদু ওইরবদি মমানা নঙবু যুবরোই।'

—'অশেংবরা কাকা ?'

—'অশেংবনি।'

''বুংঙোদু হরাও হরাও চাক পুথমদু পুতুনা থোকখ্রে।'

ঙায়হাক লৈরগা থংনবা কাদগী ঙাংবা তারকই,

—'নঙনা কবি হায়রুরগে ? মীগী চাক শরুক পুর-ক্লিবশিবো, হা হায়য়োবা ?'

অঙাংদুনা কপ্লি কপ্লি খুমলকই,

—'কৈস্নু হায়দে।'

—'হায়দ্রগবু পিরকপা য়াত্রা ?'

মখোনজেন্দু নিক্রক্লে, লোয়নবা অঙাংদুদা শেং শেং কনবগী মখোল তারকই।

অঙাংদুনা কপ্লকপদুনা বীমোল তুমিন্না তাদুনা লৈবা ঙন্নক্রদুনা হোৌগৎলকুনা মমা-মচানা লৈবা কাদুগী থোঙজিন্দা লেপ্লম্মী। মহাক লেপ্লম্বা উবদা অঙাংদু মঙোন্দা চেনশিল্লক্লম্মী। অঙাংদুবু কোনশিন-কোনশিন্না মানা হায়রকই,

—'কাকানা লানপ্রে, শে তোক্লো ফুরম্মোই।' ইবেমু করিমত্তা হায়বক্তে। তৌকম খঙদনা মপিনা চোংলবা মমাইদুনা বীমোল অমসুং মচাগী মতৌবু য়েংদুনা লৈরম্মী। মখা তানা মচাদুদা ৱা'মত্তা হায়বা ঙমদ্রে।

খঙহৌদে অমুক থুনা অঙাংশিগা মাগা অমনা অমবু উনদ্রবদি লৈ ঙমনদবগী চেংলবা মরী অমনা করম্মা পুনশিনখিবা।

মহাক্না ওফিস হল্লকপা ঙায়ত্থনা লৈরম্মি। মিথাই লৈরক্কবা য়াদে। চাবা থকপদা মাগতা লোয়নবগা অঙাংশিদা পেনজৈ। ইবেমু য়াম্না য়ায়। বীমোল মাগা চহি লেঙ্গানি। মপাগী অহাংবা মক্ষমত্থ পিক্লিবা অঙাংশিদা লৈত্রবগুম তৌরক্লে। অঙাংশিগী মরীদগী বীমোলগা ইবেমুগা খর খজিক নকশিন্নবগুম তৌরকপ্রা? ইবেমুনা চঙলক্লগা হায়রৈ,

—'ঙসিদি ঐখোয়দা চাক চারশি, চাক হাপ্লে।'

মমাগী মখুৎ পায়ত্থনা ইন্নরক্লিবা 'বুংঙোনস্থ রাপাংশিল্লকই,

—'কাকা ঐগা চাক চামিন্নশি, কাকা কো।'

নুমিৎতু মখোয় অহুম ফমিন্নরগা চাক চামিন্নৈ। মত্থদা 'বুংঙোনা হরাওজবত্থদি অমগীদা অমুক চা অমগীদা অমুক ফম, মাগী মতৌত্থদা মখোয় থরায় তানা নোকমিন্নৈ।

মরক মরক্তা ইবেমু বীমোলনা ওফিস কাখ্রিঙৈদা মফি-মরোল শুদোকপিরম্মী। কা রায় তৈথোকপিরম্মী। করিগুম্বা মতমদা বীমোলনা পোৎ-চৈ লৈরক্লগা মমা-মচাগী শরুক তমই। নোং'ফাদোক মখোয়গীদা চাবা থকপা য়াওই। অঙাংগী নিংঙাইদগী মখোয় অহুম হরাও-কুম্মে য়েংবা মরক মরক্তা চৎমিন্নৈ। ইবেমুগী মায়থোংত্থ মঙাল খজিক নাইবগুম তৌরকই।

হন্দক মরকশি বীমোল ফোঙদোকফম থঙদবা রাখল অমনা মঙোন্দা তত্তনা-ওৎপগুম তৌই, খোয়রাং খোয়শাওই তংতাবা অমদি থঙনিংবগুম তৌই। পল্লেপফম থঙত্রবা রাখলত্থনা করিগুম্বা মিংকুপ্তস্থ য়ুমশি থাদোক্কনা চৎলশিরা থনবস্থ য়াওরকই। অত্থবু ঙমদে, মহাক ঙমলমদে।

নুমিদাংত্থ ফনা থেংলে মানা হল্লকপা অত্থবু ইবেমু তুমলমত্রি।

মপুন্নিংদা খল্লি — 'হৌজিক কাওবা তুম্নলমদ্রিবশিবু ঐ হল্লকপা ঙায়রম্রিবরা ? করিগী ঙায়গদৌরিবা।' লেপ্তবা খোঙথাংনা মাংগী কা য়ৌরক্তুনা খোঙ হেক থাংজিল্লকপদা উরকই টেবলদুদা ফজনা শেম্লবা চাক পুখম অমা লৈরী। কোয়্ননা য়েংলকই, কাহু তনান তনাননা লৈরম্মী। মফি-মরোল হোঙদোক্লগা চৌকিদুদা মথুৎনা খদাং শৌরগা ফমলম্মী। ঙায়হাক লৈরগা ফুরিৎ অমা লীৎশিল্লগা ইবেমুগী কা তম্না লাকই। খোঙদুদা হায়ফেৎ নম্নুই য়াদে। মথুৎনা তক্ তক্ থীল্লী।

ইবেমু তপ্পা কনানো হঙলকই। বীমোলনি খঙলবদুদা খোঙদু হাঙদোক্লুই।

ইবেমু থাজদে, অস্নুম্না বীমোলনা মাগী কাদা নুমিদাং চঙলক্লনি হায়বশি। মশাদু খজিক চেকশিনজবগুম তৌই। ইবেমুনা ব্রা হঙলকপা ঙায়দনা চঙশিল্লগা থারিবা চৌকিদুদা ফম্নুই।

ঙায়হাক তুমিন লৈক্লরবা তুংদা বীমোলনা হায়রকই,

— ''বুংঙো তুমগ্রবরা ?'

— 'উম।'

—' ইবেমু।' য়াম্না তপ্পা কৌরকই।

ইবেমু খঙবগুম তৌই। অমুক্তম্নু অস্নুম্না মীং কৌরকখিদ্রি। হঙ্গৎনা য়েংলুই। মুম্না য়েংদুনা লৈরম্মী। বীমোলনা মখা তারকই,

— 'ইবেমু ঐবু লাম্নদি লৌগনু। ঐহাক করিগুম্বা মতমদা তুমিম্না চেনগ্রগে, হায়না খল্লকপা মিৎকুপমু য়াওখি। অদুবু 'বুংঙোশিনা ঐবু নমা-নচাগী মনাক্তগী লাপথোকহনবা ওমহনজে

ঐহাক অহিং কয়া তুমদনা খল্লক্লবনি। কয়ারক হয়া খল্লক্লবা তুংদনি ঐনা হায়রিবসি 'অঙাংশিগী অরাংপা মফমদু ঐবু মেনশিলহল্লু।'

ইবেমু বীমোলনা ঙাংলিবদু তায়। পাউখুম পীদে। মহাক খঙই, "বুংঙোশি মপাগী নুংশিবা করিনো হায়বশি খঙজ্রি। মপুরোইবনা ঈ-পাউ থারক্লিবা মতমদু কুয়শি.ক্লে। মহাক বীমোলগী লম্মন য়াম্না তোল্লি।' মহাক যুম্বীগুম তুমিন লেপ্লি।

'বুংঙোদু হৌগংলকই। মমিং অনিহু মথুংতুনা নোয়র-নে য়-রগা কোয়য়েং য়েংলকই। বীমোল লৈরম্বদুদা হরাওনা কৌরকই,

—'কাকা।' চেনশিল্লক্কুনা মাগী মঙক্কা কোল্লে। অদুগা মখা তাবকই,

—'কাকা, ঐগা তুমশি।'

—'নত্তে, মমাগা ওইনা তুম্মু।'

—'য়াদে, নঙগা তুমগনি। ঐখোয় ফমুংদা তুমশি লাও।'

মহাক ইন্দবা ঙমদে, 'বুংঙোনবু হায়ববদি। ফমুংদুদা তুম্বা চঙবা তাবম্মী। ইবেমুবু মনাক্তা হিপ্লবা কৌশিন্নবা মাগী খোম্থোক্কী পাঙ্গল য়াওরমদে। অঙাংদুনা মাগী মঙকশমদা কোদুনা তুমথরক্লম্মী।

অহিংদু ফনা থেংলম্বা য়ারে। মহাকম্ব ঙায়হাক্কুং উই-থরুব্রা? জ্ঞান তারকপদা খঙলকই 'মাগী ফমুং নত্তে হায়বা।' কোয়না য়েংলকই, 'ইবেমু চৌকিদুদা ঙাথরগা তুমলম্মী। তপ্পা হৌগংলে। থোঙদু হাঙবদা মখোন থোকপ্রে। ইবেমু মমিং খঙশিং শিঙই। বীমোল তুং হম্না য়েংলকই। ইবেমুগা মীংচান্নরুই। মখা তারমদ্রে। মহাক তপ্পা থোকপ্রে।

নুংথিলগী পুং মরি মথায়মুক তারম্লনি, মহাক্লা ওফিসতগী হল্লকপত্নু। পল্লেপফম খঙদবা রাখল কয়ানা মশাবু লাঙ্গোয় চনশিল্লক্লুনা তৌকম খঙলমদে। খোয়রাংই। মহাক্লা গুমাং হেক য়োৎরকপগা ইবেমুনা নোক-খেবগী মখোল তারকই। থাজদে, ইবেমুনা অস্নুম্না নোকপগী মখোল মহাক অমুক্তা তাখিত্রি। মহাক চঙলকপত্নু উবদা ইমুংদগী অঙাংত্নু চেন-খোরকই, অত্নুগা হায়রকই,

—'কাকা ঐখোয়' বাবা লাক্লে। ঐ' ফিরোলশি ফজত্রা? কাকা ঐখোয় বাবা য়েংউ লাওনে। সে কাকা লাউ–ও-বা।'

'বুংঙোনা মাবু মখুৎ পায়ত্নুনা চীংশিল্লি, ঙসিদি মহাক অঙাংত্নুনা হায়বত্নু ইনবা ঙমত্রে। মহাক উয়ুংবগুম লেপ্লি; রাখলসু ককঙাওনরকই। খল্লকই, 'ঐবু ইবেমুগী মমাংদা লেপ্লুবা ঙমখিগত্রনে?'

মে ১৯৯২ ইং

উরীপোক

## চেগায় চোংবী

ইথোলদু লুখ্রাবী যুম্বালগুমই। অত্তুমকপু শুমাংতুমদি তোয়না রায় তৈবগী মমি তায়। নুমিদাংরায়রম খুদিংগী লৈকাইগী অঙাংশিংনা ইথোলশিদা লাক্লগা শান্নরে। কেকু লোৎপী, উরাউবী, অমাং কোইবী, পোকলাউবী কাপ্পবী অসিনচিংবা মশান্ন কয়াদা শান্নে।

মাঙোলদা হুইল চিয়ারদা ফম্লগা নুমিৎ খুদিংগী অঙাংশিংনা শান্নবদু য়েংলগা মহাক্কী পোথাবা ওইরি। অঙাংশিংনা নোংকাদোক হেক লাক্কবদা মহাক য়াম্না খোয়রাং খোয়শাওই, চাউথ্রবা ইথোলশিদা মাগী নুপীগা মখোয় অনিতনি।

নুংতিগুম ঙসিসু অঙাংশিংদু শান্নবা লাকপগী অরাঙবা মখোল মহাক্কা ফমুংদা হিপ্লিদৈদা তারক্লে। মহাক য়াম্না থুনা

হৌগৎলগা মপান্দা থোকনিংলকই। ঙমদে, তঙায়ফদনা মাগী নুপীগী মতেং লৌবা তায়। কৌরকই,

—'তারিব্রা নঙবু, অঙাংশিং লাক্লমানে।'

রাহৈ খরশিদং হায়রকপদা মাগী নুপী মপুরোইবগী রাখল খঙই। ফিশাফান্দগী কুমথরক্লগা ফমুংদা হিপ্লিবা মপুরোইববু ঙাকলৌ পিত্নুনা হুইল চিয়ারত্নুদা ফমহল্লে। মাগী নুপীনা তুংলোমদগী হুইল চিয়ারত্নু পায়ত্নুনা ইনগে তৌরকপদা হায়রকই,

—'য়ারনি, ঐ তপ্পা অস্সুম থোকখ্রগে।'

—'মাঙ্গোল ফাওবদং ইম্থোকপবু কয়াম কুইগনি।'

—'নঙসে ঐনা কয়াদা রাহল্লবা ?' শোম্থাংননা শোল্লকই।

—'রাদেদা।' মাগী নুপীনা তপ্পা থুম্লকই।

মপুরোইববু মাঙ্গোলদা থনব্লগা নুপীত্নু ইমুংদা চঙখরে।

অঙাংশিংত্নু শুমাংত্নুদা পুমলাং লাংত্নুনা লৈরম্মী। মখোয় মীথিৎ শুদ্রিমানে, ঙাংনত্নুনা লৈরম্মী, 'মনিংলোমগী কাঙবু য়ৌরক্ত্রি।'

মখোয় ময়ামগী মরক্তুগী অঙাং অমনা হায়রকই —'মখোয় লাক্ত্রিবনিনা ঐখোয় মীচং শান্নবস্থ ফরক তারনি। মীচং নত্তবী ওইনা ঙসিদি নহানমখৈস্থ শান্নরক্ত্রিবা চেগায় চোংবী শান্নসি।'

মখোয় পুন্নমক 'শান্নশি শান্নশি' হায়না পুমলাং লাংই।

শুমাং ময়াইগী রায় তৈবা অনানবা মফমত্নুদা মৈতালনা লৈই চীংত্নুনা চেগায় চোংবী শান্নকম শেন্নে। কনানা ইহান হান্না চোংগদগে হায়না লাইবক চাং য়েংনরে। মখোয়গী মরক্তুগী মশা ফবা অঙাং অমা য়াওই। মহাক্না ইহান হান্না

চোংবা তারএই। মশাহ্নু ফন্দুনা খোরকই, অহ্নুগা হায়রকই,

—'ইহান হান্না ঐনা চোংবা তারবনিনা য়ুম অমদি শোয়দনা শাবা ঙমলগনি। নত্রগনা অনিবু শাবস্নু য়াই।'

মী উশিংতনা মনাক্তা লৈবা অঙাংহ্নুদা ওনশিল্লগা অমুক হায়রকই, —'হে য়াঙ্গংবা নঙবু য়ুম অমতংগকা চোংলগা শাজবা ঙমজগদরনে ?'

মহাক ঙাংনা ঙাংনা মাগী অপাবা চেগায় মচেৎহ্নু লংহ্নুনা চোংবা হৌখরে। অঙাংহ্নুনা চেগায়হ্নু কা অমদগী কা অমদা মখোংনা ইন ইন্দুনা চোংবহ্নু উরগা মহাক্কী পুন্সিগী মতাং খরনা মাগী রাখলদা নীংশিঙ জগোয় শারক্লে।

× × × ×

তোর্ব্বানগী অকোকপা মকমদা মখোয় ময়াম চেগায় চোংবী শান্নরম্মী। য়েংবদা মহাক মশা পায়, অহ্নুবু তাশিল্লি। চাং অমদা তপ্না তপ্না চেগায়হ্নুবু ইন ইন্দুনা চোংলকপদগী মহাক্না কা অয়াম্বা য়ুম শাজিনখরে। লেপ্তুনা চোংলকপদগী মশাহ্নু চোকথবা ফাওরক্লে। মহাক্কী মতৌহ্নুদা লৈহৌরিবা অঙাংশিংহ্নু রাতান্নে, 'মহাক্না কা পুন্নমক য়ুম শাজিনখিবা হায়বশি অফবা নত্তে। করিস্নু লৈতবা মাগুম্বনা কা পুন্নমক লৌশিনখিবা য়ারোই।' মখোয়গী মরক্তগী মশা ফবা অঙাং অমা চোংথোরক্লগা হায়রকই,

—'ঐহাক তৌগে, নখোয় ময়াম য়েংবীয়ু। নত্তে, ঐনা হেক তৌবগা নখোয়স্নু হোৎচিল্লক্কদবনি।',

—'য়েংদা য়েংউ। লুপ্রাবী মচা মানা কা খুদিংমকপু য়ুম শাজিনবা য়াত্রা ? মহ্নুগী ফস ফংকম থোকই। তৌবতবু

মতুগীদমক ঐনা তৌবদা নখোয় পুম্বা য়াওশিল্লকদবনি ।’

কনাস্ু য়েৎত্রে । মরমদি মহাক্না মখোয় ময়ামগী মকোক ওইনা লৈরী ।

লৈহৌবা কা অনিতুস্ু য়ুম শানবা মহাক কন্না হোৎনরি । য়ুম অমদা ঙায়হাক পোত্থারগা অহাংবা কা অমতুগীদমক মখোঙ নাম্মা থাংগৎতুনা চেগায় মচেৎতু কন্না ইল্লিথৈতুদনি । মশা ফবা অঙাংতুনা খঙহৌদনা চেনশিল্লগা মাগী মখোঙদা থুরৌ লৌশিল্লগা শাফু কন্না ফিভম চাদনা মাবু তুশিলহনখি । তাঙ্গাতুদা লৈহৌবা অঙাংশিংতু হোৎচিল্লক্কুনা মাবু কাওবগা নেৎপগা তৌখি । মতুংদদি মাগী মখোঙতুনা চৎপা য়াখিদে ।

× × × ×

—‘আয়ো ইমা ! !’ শুমাংদা শান্নরিবা অঙাং অমনা খঙ্লাউ লাউরকই ।

মহাক খঙনা হৌগৎকে তৌরুই । হৌগৎপা ঙম্রমদে, জ্ঞান তারকই । শুমাংতুদা অঙাং অমা মখোঙতু মথুৎনা পায়শিল্লগা কপ্তুনা লৈরম্মী । শান্নরিবা অঙাংশিংতু চেনশিনখি । অঙাং অমা কৌশিল্লগা মানা হঙই,

—‘করি তৌরে মানা কপ্লিবসে ?’

—‘চোংবদা তুশিনবনি ।’

অঙাংতু ময়াং ইকং কংই, ফুরিৎ অমত্তসু লীৎতে । মহাক হৌগৎতুনা মতেং পাংলুবসু ঙমদ্রে । কপ্লিবা অঙাংতুদা মুন্না য়েংলম্নগা মথুৎ অনিতু থুৎতুম তাশিল্লগা হুইল চিয়ারগী থুৎ থমকমতুদা কন্না শুরকই ।

মে ১৯৯২ ইং
উরীপোক

## য়ারেপ

পিক্লবস্থু পিক্লা উমংশিদা মনিং মখা তম্না হিংজরম্বা মশিং য়ামজত্রবা য়োংয়ামশিং অসিনা মিৎকুপ খুদিংগী খল্লকই, 'মখোয় হাম্নগী হাম্না মনিং তম্না অতোপ্পা উমংশিংগা মরুপ-মপাং ওইনা তিম্নয়মগদবনি।' মখোয়গী মপা মপুশিংনা নিং-তম্না হিংলম্বগী পূন্সিশিংতু মখোয় কল্লক্তবা ঙম্নক্তরে। মখোয়গী লম চাউদে, মশিং য়ামদে হায়রহ্না অতোপ্পা শাশিংগী মরক্তা তিনজরুবনি। আশা তৌরুই 'মখোয়বু ঙাকপি শেনবীগনি', হৌজিক্তি মখোয় লমগী মণনা মচী শাংলকপদগী অন্নাবা কয়া মাইয়োক্নরে, চৈনাখোল কংলক্লে। হিরম খুদিংদা মাইকৈ খুদিংদা পেন্দবগী পেন্দবা ঙাক্তা, শুকম-নোমকম খঙলক্তগনা মখোয় মশেল হিক কায়ন্দুনা

মতম লেপ্লে।

অতোপ্পা উমংদা লৈরিবা শাময়ামগী মীহুৎশিং পুল্লগা মখোয়গী খুন্দিনফম অমা শেম্মী। মশীং য়াম্বা কাঙলুপকীনা মশিং হেন্না হাপ্লি। মখোয়না তোঙান তোঙানবা উমংশিংগী অরাৎ-অপা কয়া য়েংথোক য়েংশিন তৌই। মখোয়গী মরক্তা তিল্লুবদগী মখোয়গী মীহুৎ অমা খুন্দিনফমহুদা থাগৎখি। কাম্নবদি করিমত্তা ফংদ্রে। মঙোন্দা মখোয় পুম্বনা লৈরম্বা থাজবা পুম্বা মাংগ্রে। লম্বী থোংগী ফিভম চাদবনা ঈ-পাউগী খুদোং চাদবা কয়া মাইয়োক্লরি। খুন্দিনফমহু তাম্না চৎপদা অরাবা খুদোংথিবা কয়া থেংনবা তাই। পুম্নমক মাইয়োরহুনা মফমহু য়ৌ-রক্লগা উমং কয়াগী রা খম্নরকপদা মশীং য়ামদবা কাঙবুনি হায়-হুনা মখোয়গী রা তাবিদে। মসিমক্তনা অমুক্তা হেন্না মখোয়দা খোয়রাং খোয়শাওনবগা লোয়ননা পেন্দবগী চৈনাখোল ফংলকই।

হৌজ-থেংথাঙ কয়ারক অরাবা চৈথেং কয়া ফংলক্লবশিদদি অতোপ্পা উপাইশিং খন্নবা হৌরক্লে। নুমিদাংরায়রম খুদিংগী য়োং নহা খর লৈপুং কম্লগা রারী শায় —'ঐখোয়বু নিংতম্না হিংবা য়াত্ত্রবরা?'

অমনা খুমলকই —'য়াই মহুগীদমক শু-নোম্বা তন্দবা তায়। ঐখোয় মশেল হিক কায়নবা তোকশি, মসিনা পুম্নমক তম্থহল্লে।'

মখোয়গী মরক্তগী খর ফিংলপ তৌবহুনা লেপৎলগা ময়াঙদগী ঙাংলগা রারেপ লৌশিল্লকই — 'অহু ওইরবদি ঐখোয় থৌনা লৈবা তাই। ওসিদগী মরীনিঙবা নুমিৎতা উমংশিংগী ময়াইদা লৈরিবা লম্পাক অচৌবশিদা য়োংয়ামশিংগী ওইবা খম্ন-নৈনবগী থৌরম অমা পাঙথোকশি। মসিগীদমক ঐখোয়

নহাশিংনা য়োংয়াম তানবা পাউজেল্লুশি ।’

ময়াম মরক্তুগী জ্ঞান তাবা মানবা অমনা লেপখৎলগা হায়রকই —‘উম ঐখোয়তনা ঙম্বা নত্তবনিনা য়োংয়াম পুম্বা খন্ন-নৈনবা তাই । চৎশি, উমং শিনথুংনা পাউজেল্লুশি ।’

ঙসিদি লম্পাক অচৌবত্থু য়োংয়ামশিংনা পুমথন থন্না তিনখরে মখোয় ময়ামগী মরক্তুগী মচিন খর চৎপা অহল ওইরবা অমবু ময়াই ফমফমদা ফমহল্লে । খন্ন-নৈনবগী সভা অত্থু চৎথবা হৌরকই । ইহান হানবদা অহল ওইরপ তৌবা অমবু মশাগী মোৎ ফোঙদোক্লবা কৌশিল্লি । মহাক্না সভা মপু অমস্থুং তিল্লিবা ময়ামবু খুরুম্নবা তুংদা ঙাংবা হৌরকই,

—‘নহাশা নখোয়দি ঙরাংদা হৌরকলিবনি । হিরম খুদিংমক্তা অতোপ্পদা হায়জত্থুনতা লৈবগী হৈনবীশি থাদোক্লশি । মসিনা ইশাগী শিংলী-নাওরী পুম্বা ইপং পংথহল্লে । মরম অত্থুনা ঐখোয় মীখা পোন্দনা হিংবা ঙম্নবা লম্বী থিবা তায় । মসিনি ঐনা ময়ামদা হায়জনিংলিবা ।’

নহানি, থেংনবা পুম্বা থেঙ্গায়নবগে মতৌনি । খোঙথাংত্থু লাউনা লাউনা কাল্লগা ফল্লিবা ময়াম মরক্তুদগী চঙলকই । পেন্দবা শাওনিংবগী মায়খোঙ উৎলগা মাগী মোৎ ফোঙদোরকই,

—‘ঐখোয়দা পাল্লিবা হুয়াশিং অসি শীজিন্নদবদগী মথৌ হল্লে । তুংগী য়োং শুথাংশিংস্থু শুনিংদবগী রাখলনা লাকহৎলনি । মত্থুতস্থু নত্তনা ঐখোয়না মখোয়গীদমক করি তৌবিরমগদৌরি । মখোয়বু মখোঙ - মথুৎ চেৎনা পুনশিন্দুনা থম্বীরমল্লে হায়না ঐখোয়বু রারৌরনি । মরম অত্থুনা ঐখোয় মীকপ থোকপা মতম য়ৌরে ।

মসিতনি ঐনা হায়জনিংবা।'

য়োং নহাক্তুনা ঙাংবা লোইরবা মতুংদা চহি ময়াই চল্লক্লবা য়োং অমমুক ঙাংনবগীদমক হৌগৎলক্লম্মী। সভা মপু অমদি তিল্লিবা ময়াম পূম্নমক খুরুম্লবা মতুংদা মহাক্না ঙাংবা হৌরক্লম্মী,

—'ঐগোয় খোঙথাং অমা থাংগে হায়না খল্লবদি অক-কত্ত মায়কৈ অনিমক তাম্লবা তাই। খুদক্তা হেক্তা রারেপ লৌবা তৌরোইশি। ময়াম পূম্নমক খন্দুনা য়েংবিয়ু। হান্না শম্নতুনা লৈরবা লম্বীশিবু ককথৎলগা অনৌবা লম্বী অমা শেম্বা হায়বশি তরাইবা নত্তে। মতুগা লোইন-লোইননা হান্না তিম্ন-চান্নরম্বা হায়বশি ঐখোয় মখোয়গী মরক্তা নুংশিনবগী মরী খরদি শোয়দনা লৈগনি। হান্না মরী শুংলে লৈনদ্রিবা অমগা মরী লৈননবা হোৎনবা হায়বশি মতম কুইনা চংগনি। মখোয়মু হায়রকপা য়াই 'নখোয় ঐখোয়গী মখাদা লৈয়ু।' ঐগীসি খনল্লবগী ৱাকমনি। মরম অতুনা হান্নগী শম্নরকইবা লম্বীসি থুনা ককথৎপগী মহুত্তা ঐখোয় খরগা লুথনা খম্বা তায়।'

ফল্লিবা ময়ামদু খুবাক খুনরকই। মথংগী ৱা ঙাংবিনবা কৌথোরকপা নংদ্রিঙৈদা য়োং নহা অমনা ময়াম মরক্তুগী লাউরকই,

—'ঐহাক ঙাঙজগে। সভা মপুনা অয়াবা পীবিয়ু।'

সভাপতিগী অয়াবা ফংলবতুদদি মহাক সভা ময়াইদা চঙলক্লম্মী, অতুগা ৱা ঙাংবা হৌরক্লম্মী,

—'ঐখোয় মোৎ কয়ামুক তাখরে। ঐগীমু ৱাকম খরদং ময়ামগী মফমদা থমজগে। ঐখোয় খম্বা য়াবা খম্বরসি। মমাংঙৈদদি মফমশিদা ফংবা মহৈ-মরোংনা লৈরিবা ঐখোয়

পুম্বগী চাবা – থকপা কোন্নরম্মী হায়না তায়। হৌজিক্তি অতোপ্পা জীব মখল কয়ানা খুন্দা লৈতাশিল্লকপদগী লমদমশিংগী হান্না লৈজরম্বা মশক কয়া মাঙশিল্লক্লে। চিপ্পাকস্তু কোন্নবা ওম্লক্লরে। মত্তুগীদমক মপুরেলদগী মাগী থৌজাল নিরুবা তাবনি। অসিগুম্বা থৌজালগী মখা পোল্লা হিংবা পুন্সি মহিং অসিবু ঐনা নীংতম্বনি হায়না লৌবা ওমদে। হিংবা তারবদি নীং – তম্মা হিংবা পাম্মী। মরম অত্তুনা ঐখোয়গা হেক তায়নবা মমাংলোম থংবদা লৈরিবা উমংগী য়োংয়ামশিংসিগা মরী থম্নবা হোৎনশি। মখোয়গী মখা থাত্তুনা লৈসি হায়বা নত্তে। নীংতম্বা লৈবাক অনিগী মরক্তা লৈনবা মরীত্তু ওইগদবনি। মতাংশিদা লোইশি-নজরে।

তিল্লিবা ময়ামত্তুগী লেপ্পা লৈত্রবা খুবাক্কী মখোলজেন্দুনা মফমত্তু পুমনিল নিল্লম্মী। মাগী-মাগী ফোঙনিংবা মোৎ কয়ামুক ফোঙনরবা মতুংদা ময়াই তাঙবলদা ফল্লিব'ত্তুনা রাতেম্নকই,

— 'অয়াম্বগী মোৎ তারবা মতুংদা খঙলে, মত্তুদি ঐখোয় খুদিংমক্তা অতোপ্পা মাইকৈ অমদা ঐখোয়গী লম্বী শেম্বা পাম্লে। ঐখোয় কনাগী মতেং য়াওদনা হিংলশি হায়ববু থোকচরিবা উমং-গী পোখোক খরশিনদি কোম্নবা নত্তে। তঙাইফদনা অতোপ্পা মাইকৈদা লৈবা উমংগা খুৎশম্নবা তাই, মখোয়গী মতেং লৌদবা য়াদে। জিবশিংনা খুন্দা লৈতাবা উমংদি নোংপোক থংবদা লৈরিবা'শিদমক ঙায়রে। মরম'ত্তুনা মায়কৈশোমদা পোৎ-পুথোক-পুশিন য়াবা লম্বী অমা শেম্লশি। থবক অসি অরায়বা নত্তে। অত্তুবু লীংজেল -মান্নবা অমম্মুং অপুনবা শক্তিগী

পাঙ্গলতনা নোংমদি য়োংয়াম ঐখোয়না মায় পাকনি। তৌ-বতবু ঐখোয়না কাওরোয়দবদি লৈনগদবা মরীহ্ন মরুপ-মপাং ওইবগী মরীদনি। ঙসিদগী ঐখোয় 'পুম্বনা লীংজেল মান্নরবদি ঙমদবা লৈতে হায়বশি ইশা ইশাদা চেৎনা থাজবা থমলগা থবক অসি পাঙথোকপা ঙমগনি। তিনবিরিবা ময়াম পুম্নমক মসিনা ঙসিগী থম্ন-নৈনবা'সিগী য়ারেপ ওইরশি।

তিল্লিবা য়োংয়াম পুম্বনা খুবাক খুনরকই। মখোয় মখো-য়গী থশোয়দস্নু লীংজেল মান্নবগী অচেৎপা য়াশক লৌনরকই।

মে ১৯৯২ ইং

উবীপোক

